# তিলাইন লান্দা নরসিং

সম্পাদন তৌজবী
কে এইচ সরোজিনী
আর্কাভিষ্ট মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল

পুথা কক্তবা মমল লুঃ ৫:

মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মতেংনা কোঙকবা

---

# " কঙ্চবা "

কোরৌ নোংমদোল তমগ্রবা
পম্থৌ ইপা অপোকপা !
খুম্মল্লম্বা ৺তোম্বা মিংলেনবা
নপারী নমোম কুম্মৈ তুংগুইশ্রবা
কচ্ছরি নমোমগী " ভিলাইন লান্দা নরসিং"

তোল্লবী নমোম
সরোজিনি

# বামাঙ য়ানবা

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী আর্কাভিষ্ট সরোজিনীনা সম্পাদন তৌহ্লনা ফোঙলিবা " তিলাইন লান্দা নরসিং " কৌবা লাইরিক অসি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা পাজরে। লাইরিক অসি পীকচরবসু ইতিহাসকী মিৎয়েংদগী মমল য়াম্বা লাইরিকনি। লাইরিক অসিনা ১৯ শুবা শতাব্দীগী অহানবা তঙ্খাইগী মণিপুরগী ইতিহাস নৈনবিবা মীওইশিংগীদমক্তদি থোইদোক্লা কান্নবা মতৌং ফংগনি থল্লি। লাইরিক অসি য়াম্না মিঙথিনা শ্রীমতীসিনা সম্পাদন তৌহ্লনা পুথোরকপা অসিমক য়াম্না থাগৎনিঙাইহনি।

" তিলাইন লান্দা নরসিং " হায়বা লাইরিক অসিদা কাছাড়গী নেচরেল কোর্ট ওইনা লৈবা তিলাইন হায়বা চীংথুম মচা মচা কয়ানা পৈহ্লনা লৈবা মফম অদুদা ওয়াশিংনা তেঙ্গোল শাহ্লনা লৈরম্বী মতম অসি ওয়ানা মণিপুরবু চাইথাইহনা চহী ৭ খুম্তাকখিবগী মতম অহ্লনি। মতম অসিদা গম্ভীর সিংহ অমসুং নরসিং অনিমক কাছাড়দা লৈরি। ইংরেজগী মায়কৈদগী কেপ্টেন গ্রান্টনা ওয়াশিংবু তাঙ্খোক্লবা মচিন্নাউ অনিগী মতৌং নিরবদা নরসিংনা ময়াম্সু গম্ভীর সিংহগা তারগা ওয়াশিংগী মথক্তা লান্দাহ্লনা ওয়াশিংবু মাংথিবা পীখিবগী মতাং অসিদগী হৌরহ্লনা গম্ভীরসিং অমসুং নরসিং অনিনা মণিপুরদগী ওয়াশিং তাঙ্খোকখি। অদুতে লৈবাক্তা ময়াম্সু গম্ভীরসিংহবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনখিবা,

মথংদা ময়াম্বুংনা থূপগ্রবদা মহাক্না রিজেণ্ট অমস্বুং নিংথৌ ওইবা, অহুদগী মনাও ইবুংঙো ডেবেন্দ্র সিংহ মহারাজ ঢাকা তাবনা মতম খরা নিংথৌ ওইখিবা অসিনচিংবা মণিপুর ইতিহাসকী থোইদোক্না কাম্নবা থৌদোক কয়া লাইরিক মচা অসিদা য়াওরি।

মতাং অমত্তং মণিপুর ইতিহাস অহানবা অমস্বুং ২শুবা শরূক ইবিরম্বা ৺পুত্রস্বম পারিজাৎ সিংহগী **"মণিপুর শেম্নকপা পূকচেল চাউবা নরসিংহ"** কৌবা নিবন্ধদা **"তিলাইনগী লানফমদা নরসিংহ"** হায়বা তাঙ্ককী মতাং অমদা মথাগী অস্বুম্না ইরিঃ -

" কাছাড়গী তিল্লাইন চীংথক্তা, অহিংদা অৱা তেঙ্গোম্না নিল্লক্লিবা অহুদি সমক্রু ঈথক হৌরকপা অহু মঙাইরে। কৃষ্ণপক্ষ ওইবনা মাইগৈ অপূম্বদি ইমম মমই, মতম অসিদা নরসিংহ সেনাপতিনা পত্রসিংহ কৌবা লানশা নেৎলহুনা মিংকূপ নাহুম শিংবা সিফাই খরগা লোয়ননা অৱা তেঙ্গোল পাংনা লাঞ্জাবা লেংলি...... ............... অহিং অহুদা মৈতৈনা শরৌ শীন্দুনা নোংমৈ কাপশিল্লে, মৈতৈ তেঙ্গোম্না তকশিল্লে, উৎশিৎলমদ্রবা মৈতৈগী খুৎকন পাঙ্গল উবদা অৱাশিং অহু অঙকপা ফংলক্লে, নরসিংনা অৱাগী লুংশি হৈতবা উৎখিবা অহু খল্লুবদা শাউহুনা ফুজিনখরে। ......... .................... মৈতৈগা অৱাগা খুৎথেংনগ্রবা অহুদদি খুৎপু অনিমক্কী নোংমৈ চৎত্রে থাংগা থাংগা তাগামক্তনা ইলং লংগ্রে সেনাপতিনা কুইরবদি খুদোং থোক্লরোই হায়বা উরহুনা লৈহুনা লৈহুনা কোম্ররিবা অৱা অহু তাক্তক হাৎলম্লগা;

মনাইশিংনা ফাংলক্লিবা লম্বী তম্না পত্রসিং থৌদোক্লক্লে, পনজিং থংলম্বা অব্রা অনি খুং নাম্বা নাম্বনা মশম পায়রগা ফাহনা ময়াম্বুং গম্ভীর সিংহ মহারাজদা কংলৈ।

অসিগুম্বা মমল লৈরবা লাইরিক অসিবু পুথোকপিহনা সম্পাদন তৌরিবী শ্রীমতীনা মতুংদস্মু অসিগুম্বা লাইরিক কয়া পুথোকপিরকথিগনি হায়বসি ঐহাক্কী অচেংপা থাজবনি।

রাজ কুমার শ্রীস্নাহল সিংহ, বি কম্

চাউরেল হৌবা নুমিং
সেপ্টেম্বর তাং ১৯, ১৯৮১

সভাপতি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

অরিবা সাহিত্যগী পূর্ব্বে-লনগৈ খিজিঙ্ককবগী মনুংদা ঐতিহাসিক ওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদগী "তিলাইন লাম্দা নরসিং" মসিসু তাঙ্কক অমগী লাইরিকনি। লাইরিক অসি শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিংহজিগী মতমদা অরিবা মৈতৈ ময়েক্কা ইখিরম্বনি। মসিমক ইতিহাসকা ওইনা য়েংলুবদা খজিক্তং মীয়ামগী কান্নবা ফংগদ্রা খল্লকই।

ইং ১৮১৯-১৮২৬ ফাওবগী মণিপুর অসি ৱুরাগী মখাদা লৈখি-ছুনা মৈতৈনা চহী ৭ কী খুদোং থিবা ফংনরবা মতমদা শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহ নরসিংহ মচিল মনাউনা কাচাডদা লৈখিডুদা বৃটিশকা লোয়ননা ওরাগী মায়থোকা তিলাইন চৌংলোন্দা লাল খেংনথিবগী ৱারীনা মপূং ওইরগা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সিংহজিনা ত্রিপুরাদা লেঙছুনা দেবেন্দ্র মহারাজগী মজাইবেম্মা চাকারণাগা শকউন্ননিঙথিবগী ৱাকমদা মরীক চুম্না ইরি।

অসিগুম্বা অরিবা ময়েক্কা অরিবা লোন্দা ইরম্বা লাইরিক অসি লৈখিদ্রবা তোংকপা পণ্ডিতকী মথমদগী ফংলক্কখিবা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর পণ্ডিতকী মতেংদগী লাইরিক অসি ফোঙজবনি। পণ্ডিত অসিগী অচৌবা লম্মন তোনশিঙ্গত্রে। থোইদোকপা অমনা রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি কম্ প্রেসিডেন্ট মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মকোক্তগী লোইবা ফাউবা পাবিদুনা মসিগী ৱামাং য়ানবা

হায়বা প্রবন্ধ ইবিরকখি লোয়ননা লাইরিক অসিগী মশাদা হেন্না মরিক চুম্বা ওইনবা লম য়ানবিরকখি। অতুগা লাইরিক অসিবু ফোঙনবা হোৎনবদা গীতা প্রিন্টর্স কৈশামথোংগী মেনেজর পাবুংতোন শ্রীখুম্মল্লম্বম ইবোতোম্বী সিংহ অমদি রার্করশিং অতুগা লাইরিক্কী প্রুফ লৌবিখিবা শ্রীযোগেশ্বর সিংহগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

সরোজিনি,
আর্কাভিষ্ট

# তিলাইন লান্দা

## নরসিং

—

### অশৈবনা খুরুমজবা

হয়ি হয়া হে। খাইমোম য়াইবী য়েকহৌগী। অমম লয়সা হাল্লকপা। য়াইবী ওংথি লুমওইনা। খেরে নুংকোন তকুপহৌ। পুইতিং নোংথাং তরংলেনকী ল ইচা তবং য়িপোকলকপা। চীংঙু লিন্তাউ তাউরোইনাই। লাইরেল তাউরোইনাই। চীংঙু শিদবা নুংকাং মহারাবা। য়াইবী নংঙৌ পীমাবা। কোরৌ নোংতুরেং পাফনবা। নুংনাং চাবালোই অহেনবা। লয়চঙ লিনফু মরাকী

---

তেংবানবগী মপু ওইবা অহুগ তেংবানবগী মমা ওইবী অনীমকপু খুরুমজৈ। হে তেংবানবগী মপু। যেক শলাই পুযমকী হৌফম ওইদুনা নতোম্মতা লৈরিঙৈদ পুস্থম মমুবা ইবন পল অসিদা মালেম অসিবু ইহান হান্না শেম্বীবকপা। ঈশিং নুংশিং অনীদগী কংবী কংজাউ শেমদুনা থবায় পানবশিংগী মচইনা ওইনবা নংগী তাইবংপান অসিদা তকুপ তরেংনা নোংথাং লৈমা থোকহল্লগ লাইনা ঈশিং ওইহনবিরকপা হে লাইনিংথৌ লাই পুযমক্তগীসু তংলৈবা তংনবা ওইবিবা হে তাউরোইনাই ( অনন্ত ) পোকপা শিবা লৈত্রবা ( Immortal God ) হে মুঙাং মহারাবা। শিবা নাইদবা লংলবা থরাই মরাক ওইবা পুম্বু পীনবিবা অরাংবা

থোইরা ঙিনফু মরুকী। মালেম লয়রিং অহানবদা। য়াত্তেমলকপা লাইয়িংথৌ। থোইমোম লাই মরু চীংঙু সনা মীতোংলেন। থোইমোম তোংসং মনিকলেন। অরাং নোংফু মহুমমনুংগী। হুমলেন য়াইবী তোননিংথৌ। চীংঙু থরা ময়িমনাক তোংলেং মকাইফম। ওংথি লাইজা য়িফমলেন অচীকপদা। থিরেল উংলৈ মহুমমনুংগী। লাবা থিয়াঙ অথৌ থোকনা লমহৌরকপা। তাইবং থরাই অপকমা পুমনামাবু। খুংচিরি মিতম ওনকুম। য়াইবী লীতিননরকপা

---

কে য়ো নোংমদোন্দা পাকস মরী ওইন' অমগা অমগা তংনদনা ফাজিন-বিরিবা। তাইবং মীওইবন' খনবদা খঙবা ঙম্নোইদৌবশিংদগী সু হেন্না হেন্না খঙলোইদৌবা খাইদগী অহেনবা। উপাস্বাগী মরু লেম্ফ্‌গী মতোন থংবা মরা অপীকপবু থিখঙদবগুম; উচিখোইনা কদায়দগী লাকপনে হায়বা খঙদবগুম্না তাইবং অসিবু করম্না শেম্নকপনো হায়কম খঙদ-খঙদনা মালেম অসিবুদি ইহান হম্না শেম্বীরকপা অহৃগা অক্ষ-ফত্ত পুম্নমকপু রাম্নেনবিবা হে লাইনিংথৌ লাই পুম্নমক্কী মকোক মরু ওইবা লৈরিবা লাই পুম্নমক্কী মথক থোংনা লৈরিবা। মতম পুম্নমক্তা অশংবা মণিগুম লংনা গুাম্না অমদি মূনবা নাইদনা (শিব লৈতনা) লৈবিবা। অরাংবা কোয়োথক্তা লৈবা নোংগা লৈচিনগী মোংলিকী লৈফম ওইনা অকোয়বা চফ্রগী মওংগুম্না মহুম ওইবগী মনুংদা য়াম্না হেন্না শেংপ্রবা নুংশিংকী মতোন্দা শিদবা ইবুংঙো নহাক্না মকোক ওইনা নিংথৌ ওইহুনা থরানমিচাকী লৈফম মমাক্তা নঙগী হুঙ্কার থোজেন্দগী থোকপা লাইজা ঈপাক অচৌবগী ময়াম অচীকপা মকমদা লৈবিরগা অহানবা হৌরকফম ওইরিবা থিরেল মতুমদগী অরংবা ওইনা নিপা থোক্না থোকপিরিবা ইবুংঙো। নহাক্তি তেংবানবদা লৈরিবা অচংচত্ত থবায় পানবা পুম্নমক্কী অপোক অশাং অশি-অনা কংহুম-

লাইরিংথৌকা। ভিলদি লিনতাউরেন। লাইরেল তাউরোইনাইকী। তুপি চিনকোয় য়াফংনুংকী। য়ু মথা নিংথৌ য়োইরেনবা। ওকশঙ শঙলানচান। থাংপকয়িতাশঙগী। কোকচাম লুচাম শঙদা হাং-কোকপা পিথ ইপী অশেমবী। খোমজ্রাইবী অশাবী। মবেল চাখা খোঙ:চানমুনা। ফৈরা তানতা থোং। খজাই লেংলোইচূপ। চিনসনা খমপাল চিলওকৃনানা। য়াংলৌ লমচিনপানকী। মপু মিংবু মিংথোংফবা। তুপি কোলোয় মিংথোংফবা লাইয়িংথৌগা। উরেন উথা নিংথৌ। উথা লাংকা ফবগা। থোংনাং লোইচা খোমবা। শিঙলেন লৈচা শকপা। মোরা অতোনবা খুনেৎনবা লাইয়িংথৌগা। চীংঙু অহুমমাপু। নদাইরেমগী তাঙজা কোকতা

---

নবশীদমক খূশী পায়বা মীনী থাদোক থাজিন চিংথোক চিংশিন তৌবগুম পৃকনিং খোয়জেল তিন্নরকপা লাইনিংথৌগা ভিল্লি লিনতাউরেন লাইরেল তাউরোইনাই কৌবগী সনা ময়াথংদগী ওইরকপ' ভেংবানগী মপু শিদবগী মচা য়োইরেনবা কৌবনা, মী পৃষ্মক্লা লুনা চায়া পায়া তৌনবা ওকশঙগী তোঙানবদা লৈবা কোকচাম লুচাম শঙদা (য়াজোন শঙদা) পোকপিরকপা; মবেল্লৌ চাখা খোঙজোম্বী কৌবী পিথ্রাই-খোয়ম্রাইবীনা ফৈগলথক্তা থানতুনা পয়গা খজাই অনীমকপু চুপ অতুগা নিংথিবা চিনবানতুগা মবেল্লৌগী চিনবানগা শয়না চুপ্লতুনা থোংজিল মপালমক্তদা মবুথৌগী কোলোয় মিংলেম লোনা কোলোয় মমিং থোনগ্রবা তুমি লাইয়িংথৌ কৌবগা উরেন উপী পোকহনবা উজাউ থাবগা থোংনাং লোইচাখোম্বা কৌবা ভেংবানবগী মপুদগী লাইহুইগরকপা শঙোল মোরা নিঙথিবা তোংবা লায়িংথৌগা খোইয়ম চীংঙু অহুমকপু তোয়বা ননাইগী কোতা

খোম্লগা। পুরুমজরবগা। তমপা নথোউজাল। শিঙচা নবলকুমীবু।
রাকমা শৈদমপালগী। তাঙজা ইরৈতোনদা ফমনা। লৌশিং তুরেল
মোংবা তুখুন য়িননা। লাইজা য়িচেন থাবাগুম। বোর লনকুবিও
হায়রবগী। শমু য়িথুং তরামনা। চাংজো চেপনা পুরুমজরককে॥

---

থাজচত্না থুরুমজরগা। হে তমফা লাইরিক লৈমা শিঙজা খোম্লী কৌবী
মওগী নথোউজালগী ননাইনা শৈশক-শৈদমজবদা ননাইগী লৈয়েং লৈতোম্দা
কপিত্না অতং-অথম লাইদনা চেম্বা তুরেলগী ইশিংগুম্বা লৌশিংনা লাই-
জগী মতোউগুম্না চেম্বগুম ননাইদা খোউজাল পীনবিরু হায়রগা ইথুং
১০ মরু। লোয়নজত্না ইমার নোম্জত্না থুরুমজরককে।

# ১ (অমা)

লহাননোং নমু লাঈরেল মৈথিংগু গম্ভীরসিং॥ তুবি চিংলেন নোংত্রেন খোমবা। শায়েন নোংশা শরাঈখৌগুমবা নিংথৌয়েনগা। লাইরেল মশানৌ। তুবি মচেংলক্তুগী; লিকলাই মোইবুং শাওনা। লয়পুং চারা খোক্কুম। লকু পুন্নুং লেমগ্রা শাতানাপা। রায়রা শাতানোংদা। লমহুই শাম্লাইখৌকুমবা। হুয়েল লানতানোংদা। খোইগাং লাবা য়িমচগু খৌকুমবা। নরসিংহ নিংথৌরেল। লাংচেং মখোক্লক্পাকা। লাইরেল মচিন মনাউ অসীমানি। লাইরেল মশাবীগা। খারৌগুম লাইরৌকেনবদা কেনমন্না। অখোম খোমলাং মৈগুনবমু ওনমানানা। য়েনবী শায়োই হুনবদা হুনমনদা।

---

১ ( অমা )

নহাল্ হৌরবা মতম খরদা নবুখৌ তুবি চীংলেন নোংত্রেন খোম্বা হায়না কথাল নিংহনরবা, শাশিংগী মরক্তা লৈন ওইনা অখোইবা ওইরবা নোংশাগী মতিক মখোনাওমরবা লাইরেল মৈদিংগু গম্ভীরসিংহ নিংথৌরেলগী নিংথৌসিগী মচিন মনাওশিংগী মরক্তগী খোইবুংগী শাওই শাদাওম, নিংথিবা, লয়পুংবু মথক্তা হৌবা লাপী শীংবী খোকপওম খোকপদা মপুং কারা লৈবা, লক্কু লেমু। পারীগী মতৌওবা শাওং মানবা; শা তানবদা লমহুই হুইখৌওম খোমু ব, হুয়েল লান ভাবদনা খোইওাংদা মঙজরকরপনি অক্কাইবা লৈতনা মুম মনুংকাওবা তারম্নুনা ওয়বা হোৎনবওবা মনাও ইবুংগো নরসিংহ কৌবা নিংথৌরেল পাঙল ইনথৎলকপগা নিংথৌ মচিন মনাও অনী অসিদি— ময়াবুংগা লোয়নহনা চেন্নে চেৎমিম্না রারে, রাম্রিম্না, য়েনবীম্না মমামবা অনী লৈবদা হেক চোংলে চপ মায়না চোংমিম্নবওবা। রারা

মতোল য়ারা চিংচিল চোনচোল লৈনা থাংমন্নানা। লাইরেল মচিল মনাউনা। হাউরৈ নোংচুপ লা পাংপারমকী। থোংনাং মতমপাক। হেরমবা লমচিম্নাবু হাঙদা। রাইচিমাবু শেন্দনা।' থোংনাং লাইরৌ কোয়। নোংচুপ নোংপোক কেননা। হুয়েল লানদারিঙৈদা। লাইরেল মশাবী নোংপোক রায়রং পামহৈবা। থোংনাং ময়াং ঙম্বনা। পোইরৈ চৎরা হ,য়। রাংঙম পুরা তেম। শচীক লাননোংতম। থবা লাননোংখায়। কংলা লাইরা পরিংতম। শাবন লান্থেং শীননা। চোয়নৌ সনা ফমকাললাংবু। থবা-তুঙম নিমতুম নিন্না ফমফমনোংদা। পোইরৈ ঐখোয়না হামচৎলু। খামরন কেংনা-রাগী। ঔরা তোংদোইনিংথৌ। পুন্ত্রেক লয়কোয় ফমবা। অরোং ফূরা নিংথৌনা। ইদাইরেম অরোংউন্ অথৌবা।

---

খোনফম পৃকনি' খোয়জেল তিন্নবা মচিল মনাউ অনীনা নোংচুপ মায়কৈ-রোমদা লৈবা কাছার লৈবাক্তী লমদম ওইবা— হিরম্বা হিংচাবগী লম মচি অমক্তাও হাঙবা লৈভবা— খুনফম মচেং অমত্তস্ লাক্সথোকপা লৈভনা ময়াং কাছার লৈবাক্তী অকোম্বা নোংচুপ নোংপোক থেংনা হুয়েল লান তানরি-ঙৈদা নিংথৌগী ময়াঙ্গুং নোংপোক রায়রুং পামহৈবা থোংনাং ময়াংঙবা হায়না মিংথোল ফংলবা মৈদিংগু মার্জিং সিংহনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইহ্নবা মৈতৈগী প্রজা নুপা নুপা খাক্তনা শজিক থাবানা অহিংদা চৌক্লা তানবঙম রায়েল বিচারদ। অচান মীরাই খারদনা কংলাগী লাইফমদা লাইরা পরিং চুবঙম রায়েল পথাপ চুম্না লানগী লাম্হৌং মঙৎ-চানা চানা শীন্নুনা ফমালদা থবানা তানবঙম্না তাম্না নিংথৌ ওইবা মতমদা মৈতৈ ঐখোয়বা পাঙদবা ওইবদগী খামরন মচাশিংগী নুংঙাইনদবা লৈবনা ঔরাগী তোংদোই নিংথৌ পুন্থ্রেক কৌবা অরোংফূরা নিংথৌনা মনাই ওইবা অরোং-উন কৌবা অথৌবগী পখেপ কৌবা লাঞ্জিংবা সেনাপতিগী নখোয় অনীনা

পখেপ লানচিংবা নবিংঙানা। হুয়েল লানগা ছিংনা। য়াংওম অরুম কুম। পোইরৈ পুংখোয়নেং। সনা লাকখোং য়েনা। পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ। থোংনাং ময়াংওবগী। লাইয়েল কোনলোয় মশঙ-পায়। শঙগায় কোনলোয় মুংনাংপান। চোয়নৌ সনা পুমকা শঙবু। থামবী মৈগা থানা। পোইরৈ অয়াক তমনা পনথেংলম-লবগা। মখিম থোংনাং মনিংথৌ। মাইবং চীংমাবগী থোংনাং মরৈবাকপু। কলকাতা লয়কোয় ফুমবা। ফিংকী রাজা মনিং-থৌনা। সায়েপ ঐখোয়গী য়িরমখৈনে হায়না। লাননেকপিরবগী। হুয়েল লাননেকরাবু লৈবনে। য়েরুপ ফিরিংকী মখৈ ফংনা পন-থেংবিরমলুরো। হায়রকলবগী থিংলৌ নিঙনা তেরকলবদা। পোইরৈ মৈতৈ চকপা হেমচেং। কেকে মোইরাং. নোংয়াই খুমন। শে-লোই লংমাই পুমনামাদি। কাওরেন শনকু হোইকুম থোমলকরো।

লাজিংহনা পেইরৈ মৈতৈ লৈবাকী কোনুং মনুংগী থোঙজিল লাকখোং য়েনা মৈতৈ নিংথৌ থোংনাং ময়াংওবা পামহৈবগী শজাই নিঙথিবা সনা হাজং য়ৈরবা শঙনচিংবহ্ন মৈ থাহনা মৈতৈ লৈবাক থুংনা তকখায়রকই। ময়াং কাছার লৈবাকী মাইবং জিলাগী নিংথৌগী মরৈবাকপু কলকাতাগী লৈবাক মপু ওইহনা লৈঙাকপা ইংরেজ নিংথৌনা লমদম অসিদি সাহেব ঐখোয়গী লমখৈনি লান থেংনমিয়সি হায়না লাক নেকপগী বারথ লৈথি। অহনা মরুপ ওইরবসু ইংরেজশিংবুসু মখৈ ফংনা হুয়েল লান্দা মায়থিবা পীরম্মু হায়না। হায়রকপদগী পখেপ লাজিংবনচিংবা ওঙা লাম্মীশিংনা মৈতৈ লৈবাক্তা চঙলক্নুনা মৈতৈগী লম চকপা, মোইরাং. খুমন অমসুং শেলোই লংমাইনচিংবা লম পুম্মকী মীশিংবু কাওরেল শন হোইবওম হোইহন। খোমজিনকই হায়না পাউমেনকপদগী থামরমগী লুচিংবা পখেপ অমসুং

তারবগী। থোংনাং মনিংথৌ। মাইবং চীংমাবগা। মনূং খোয়বা লীরৌনানা। তিনকি তিনলান চীংতোনলেনতা। ঔরা মরাঙ হৌ। তরেৎ মনিননাই। তারকং থাঙয়ৈনানা। থামরন তেংকোল লিং-লবগী। সায়েপ মরাঙ হৌ। ফিরিংকি মনিন্নাই। কামার খোন-চেলচাউ। খুদোং থিনকাপ কুংনা থা। তোপ কোরৌ নোংবু খোল। বোম মালেম লয়বু খোল। ঔরা লানফম মায়য়োক লেপ। কোরৌ নোংশিংয়াম থবী মালেম চয়রেপতা। লানসোক খমথেঙনাববু। থামরন মমায় লয়বিদরবগী। কৈলানি বিক্রমপুর খুনফমলেন্দগী। লাইরেল মচিন মনাউগী। তুপি সনা মখোঙখাদা। বিলাতি লয়-মায়োনগী লমহৌরকপা। কিরন কপতান লানচিংবনা। মণিপুর

---

মপুপা মনূংদা লোয়া লোতুমহুনা লান্দারকখিবনা তিলাইন চিংদোন্দা ঔরা লান্মৌ পূয়মক খোমজিন্দুনা পুং-শেন য়ৈহুমা তারকং ( কংশিগুমা ) য়ৈহুনা থামরনগী তেঙোল মফম শাহুনা পৈররে। মতৌ অসিদা সাহেবশিংসু মপুক্তা মথুম মরাং হৌবদগী ময়াম ইরাং লাঙনা নোংমৈ কাপ্পগী মখোলনা পূমনিম নিল থুদোং নোংমৈ তোয়না তোয়না কাপ অহুপা নোংমৈ তোপ কাপ্পগী মরূনা কোরৌ থক্তা খোন্দুনা চংপা মরূশিং অমদি বোম থাবগী মরূনা লৈবাক মথক্তা খোন্দুনা কাপ্পকপা মতৌ অসিকাওবদা ঔবাগী লাম্মী-শিংনা লাল মায়য়োক য়াহুনা য়ায়রকপনা কোরৌ মুমিং অসুম য়ামশিন্নক্ নোংমা মুমিং অমা লেপ্পা লৈতনা থম থেংনা শোক্করকপা লানফমদসু ঔরা লাম্মীশিংনা মমায় লৈবা লৈত্রবদগী কল্যানী বিক্রমপুর কৌবা খুনফমদা লৈবা গম্ভিরসিং নরসিং মচিন্ননাউ অনীগা মফমদা ইংলেণ্ড লমদগী লাকপা কেপতেন গ্রান্ট কৌবা লাক্লিংবনা হে মৈতৈ নিংথৌ মৈতৈ লৈবাকী মপু

পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ। সুরুং লয়কোয় কমবা। য়োইময়াই ল্যাইরেল তাউদনবা মহুমনুংগী। থুমকুম নিংথৌ য়োইরেনবা। চোয়নৌ সনা চোঙদোনলেনগুমবও। থোংনাং মনিংথৌ। মাইবং চীংমাবগী। শংলৌ মথৌরাং। য়েনলাং মঙমদমগী। ময়িম থামরন মনিলনাইবা। ঔরা লানলোই মাপু ফাববু ঙাইরোইনানা। মকরান থুনবী অসঙবগী। সানতেপ কৈথেললেনবু। থোংনাং মরমখৈনে হায়রবগী। য়েরুপ ইনিংথৌ। কলকাতা লযকোয়ফম্বা ইংক্রিচা নিংথৌরেনগী মদাইরেম। সিফাই খুতোং থিনকাপলোই। কমপু লানলোইমাপু ফাবা। তেং-কোল লানপু মশিঙ থীঙমদবশিংকা। ঔরা লানশোক মায়য়োকয়া। থবী চয়রেপতানা। তোপ মৈরী মালেম লয়বু খোল্। বোম অন্নাং কোরৌ নোংবুখোল। কামার নোংমৈ থাংফননানা। কোরৌ

---

ওইবা মখোয়দি নুমিৎকী শাগৈদগী পোক্লকপা নিংথৌ য়োইরেনবা কৌবা, থক্তা সনাগী ছেকপিন খায়া পানবা নিংথৌ অহুঙবা। হন্দক মন্নাং লৈবাকী মাইবং নিংথৌগী অরোনবা থৌরাং অমদগী থামরন লান্মীনা ঔরাগী লান্নোই মশীং মপুং ফাবা কাঙবুগা লোয়ননা মকরান কৌবা অচৌবা খুঙ্গংগী শান্তেপ কৌবা কৈথেলগী লমদমকাওবা থামরন মখোয়গী লমনে হায়রুনা কলকত্তাদা লৈঙাকপা ইংরেজ নিংথৌগী মনাইশিং খুদোং নোংমৈ পায়রবা লান্মীশিংগী কম্পনী পল্টন মশীং থীবা ঙমত্রবা য়ামগ্রব' লান্মীশিংগা ঔরাগী লান্মীশিংগা হয়েন লান মায়য়োক য়ানহুনা নোংমা কাওবা লেপ্পা লৈতনা তোপকী মৈরীনা মালেমদা খোল, খোমগী মরুনা কোরৌ অন্নাং-বদা খোয়া অমদি খুদোং নোংমৈ ফেয়া ফেয়া কাপ্পহুনা কোরৌ নোংম-দোন্দা থাকপা লাউবা নোংমৈ শীংজংগী মতৌঙম হয়েন লান পোক্লখবু

নোংখাকখোনকুম। হুয়েল্ল লানশোকনাববু। খাত্রন মমায় লয়-বদে। ওকলেন তাপান শাকুম মগ্নিনশিললকও।

লাইরেল নচিল ননাউনা। পাঙ্গল নতিক উং। কৈথেল চুরাই লাংকুম পনথেংবিও। তুপি থয়াঙ নথোমন। লাইরেল চুঙশেল মরানওনবু। বিলাত ইরৈবাকতা। খানলৈ লৌকোয় রিনকুম খান-নাজগে। হায়না হুয়েল্ল লাননেকরাগী। লাইরেল মৈতেংগু। কোরৌ নোংয়িনচেক। খাকপা নোংশীঙচঙকুমবা নিংথৌরেল। লাই-রেল মচিল মনাওদি। রাম্বরা শারাউথোল। হুয়েল লাললাউথোলবু তারবনিগীনা। লয়নূং লৈমা কিয়াং চাইবী মপারী। লয়মূরোন্দা লুরোইশা। লয়হৌরোন্দা তোংরোইশা॥ মালেম লয়রেমকাউ।

---

খামরন কাওবু অসি মমায় লম্নবা লৈত্রে শাদানবদা টানা পাল্লবা লমওক্লা মায় ওনশিল্লকপওম ঔরা লাম্নৌশিংনা মমায়স্রম ওনশিন্দুনা হেন্না হেন্না চঙশিক্লে।

নিংথৌ নচিল ননাউগী নপাজল নথোশাগী মতিক উংনা লানকুম অসি মায়য়োক্লবিবদা খঙহৌদনা কৈথেলনা চুরাই লাউনা কায়থিবওম কায়হুম্ননবা লান অসি শোক্লবিহু। নিংথৌ নচিল ননাউগী তোবা ওম্বা নতিক মথোনা খাওদা টাদা হৈ-শিংবগী মওং অহু বিলাট ইরৈবাক্তা লৌবুক ময়ায়দা নোংশা খনবা ইলওম কোলোয় নবিংসিবু লেম্নজরুগে হায়না লাল পাং-বিনবা লেক্লবদগী নোংয়িন কৌবা চেক্লানা ঈংবা তপ্পা লৈবওম হৌপো-রক্লবদা নোংমৈ শীংজওম্বা নিংথৌ মচিম্ননাউ অনৌনা লালগী লানপাউ অমমি লালগী খোক্লেন তারবনিনা মোইরাংদা লৈবী কিয়াংচাইবী কৌবী লুম্রাবী শামু লোইবীনা উল্লকপা মোইরাংদা রায়া পৌক্লা য়োক্লরুগা ইক্লালগী

লাংকোই মোইশায়াকী। তাওজা লুরেনতোং। তুবি থাঙলেন মথুংশু। রেককলৈ মৈরাববু। লাইরেল লাইবক খেলাইথোং। তুবি তিমেন মথুংশু। কোঙয়াং নাপু লুক্কৃয়া। থোকয়া তাংমিং মাপল পানবা। কোয়রেং খুংঙম তাবু। লাইরেল খুংপাক তিলাইমেন। পোইরৈ অথৌলীচা হেপপা। রাঙম থয়াঙ কোনদাই লোনবা পূমনামাবু ঙাইরোইনানা। লাইরেল মশানৌ। নরসিংহ লাংচেং মথোকললকপা। পানবা পনচোংকৈ। কৈরেল পনলিং-শাগুম্বা। লানফম মহৈ-রকপনা। রাঙম সেনাপতি ওই। পোইরৈ তেংগোললেনবু। হুয়েল লানচিন্ থংনা। ময়াং থাংকয়া উতোংলেন। তাংবা খোল ওন চৌং। ঙানবা অতোনবা। হাওয়া লোইনেনবা মখুরোন। থোংনাং মানচেংস্থ চানা। চৌংয়া লয়তোই শারোন ষিননা।

---

কংলৈলমদা মপুং মরৈ ফাখিবা মোইরাংশা কৌবা শায়ুগা শকোক্তা তোংলপা নিংথৌ খুংশু থাংলেন মৈরিক থোকুন্দা লংলবা থাঙহ্ লাইবক কংলপা য়ানশিন্নে। অহংগা সনা খুংশু তা নিঙখিবা, মথোক্তি নাপু,মচু মোরক্কম মতোল কোম্বরবা মতাং ৯ পানবা রানা মথোক পানবা কোয়রেং খুনংবু মায়খিবা পীরক্রবা তা অত্র সনা খুত্তা খুংপায় চেংনা পায়রগা মৈতৈনী অথৌবশিং মপা মপুগী হাক্তক্তগী ইপা। ইপুশিংগী মঙল ঙাক্না চং-লক্লবা অকনবা লান্মী পুয়মকা লোয়ননা মনাউ ইবুংঙো নরসিংহ কৌবা পায়ল মতৌ ইনথংলকপা কৈজাউনা পন লানবদা চোংবঙম অমদি লীংপদা মথৌনা ফবঙয়া শরিং শয়াংতা য়াম্না হৈ শিংবা অমদি শাকম-লানকমদা য়াম্না হৈ-শিংবদা লানগী সেনাপতি ওইরগা মৈতৈ লান্মীগী তেজোল পুয়মকী থাঙজিন থানা লাজিংলক্লগা ময়াংগী লমদম থাজয়া উজাউ হোৎনা মংবদা নুমিৎকী মতাল ফাওঙমদবা ময়াংগী মীওইশিংস্থ কুংনা খুন্দাবা লমদমলোমদা

স্নিয়ম সায়েপ অহমমানা॥ লুহুপ মালেম লয়ড়া থম্। শহু ম্যাখূং লোননা য়াহ্মচাখিয়ে। হে লাই.রন মৈতেংগু। চৌং খরং লোংলোন পাইকুমবা। লাইরেল নচিল ননাউকী। তুপি থবাও নথৌমন। লাইরেল চূডশেল নরানরোল। য়েরূপ থবায় লাইশেং-বিবা অসিবু। ইংকিরাচা নিংথৌরেননা উনবি পূকনিং পেনলাবগী কোলোয় ময়াথংনে। হাওরৈ নোংচুপ পাংবলমকী। সিলেট মপূং-য়ায় ফাওনা। হাওরৈ অরাং লাইনা পাংবলমদি। সেনপি তে-থাউ মরমপূংবু য়োবা। হাওরৈ খানা পাংবরমদি। লোইবি অকামহাউ। 'হমবা লুসৈ খুননা খমবা। অসিবু লাইরেল মৈতেংগু॥ নচিল-ননাউগী ওইনা। ময়ায় কোয়রেন তোং। স্নমতিন

---

কম্পানীশিং অহ্ লান কায়হন চেনখিবদগী তেঙ্গোল মফমথ্রবা পূঙ-মূং মূংনবা হয়েল লান্দাখি। প্রেমবর্তন, স্কট, কেপতেন গ্রান্ট। সাহেব অহম্মক্তা। মকোক্তা হাপ্লা টুপি লুহুপশিং অহ্ লৈবাক্তা থম্লগা মখূং লোম্নরহনা হায়জরকখি। হে মৈতৈ নিংথৌ! চৌংনুংদা লোংলোন য়েনা পাইবা খুনু খরংগুবা নথৌনাদা থোইদোক হেন্দোক্লবা নখোয় নচিল ননাউ অনীগী নত্তিক নথৌনা অমদি খুঙদা তা-দা হৈ-শিংবগী মতিক্কা নরূপ ওইবা ঐখোয়গী থবায় কনবিবা অসি তাবদগী ইংরেজ নিংথৌরেলগী মপূক্তা পেনহনা কেলোয় ময়াথংবু অসূম হায়রকলে। নোংচুপ মায়কৈ পাংবা লমদমগী শিলেট (শ্রীহট্ট) লৈবাক ফাওবা অহ্গা অরাংগী লমখৈ হায়রগা আসামগী ডিথু তুরেল মপানবু খওনবা তেখাউগী লমদম য়োবা। খা মায়কৈরোমদা হায়রগনা অকামহাউনা খুন্দারিবা লমদগী লুসৈ খুনা খমা লমদম অসিফাওবা মৈদিংগু নিংথৌরেল নচিল ননাউগী ওইহনা লৈবাক অমা ওইরগা থাই পূময়কো মকোক ওইবা ফমালদা কাহনা নিংথৌরেল

লমকোয়রী। য়াজা মিংখৌয়েমবু ওইয়ো। য়েরুপ ঐয়োয়রবা। চাননা পুকমাননামা পুকনিং য়াকাউভানা পানমননাসে। অসিনুং মতোমডে। হয়েং য়েরুপ ইচাতোন। সায়েপ য়িশূতোনশিংনা য়াকাউদববু। পুরান লাইরিক য়িনা থমহৌসে। হায়না কোয়ী মপাক য়ৈ। য়োংতুম নিঙকোয় খেংনা। পুরান লাইরিক থগখিয়ে হায়দবরা। অত্থানোংগী লাইরেল ... । ওকলেন লাংশম থৌ-গুম্বা। তিনকী তিনলান চীংদোনলেনতা খৌশাবা। খামরন লান-য়ানথবা। ঔর‍্যা নেৎচৎ য়ানবা। থোংনাং কাছার লমকন থৌবা। য়েরুপ থর‍্যায় লাইশেংবা। খামরন মখুৎপাকী। পোইরৈ লমলোকপা। য়াংডম লমমুনবা। তুমু তেংকোন লিংবা। অংকো চীংয়াঙথকতা খৌশাবা। ঝিংথি লাইচা য়িয়া হেপনা তেমশিংবা। লোকলৌ

ওইয়ো। ইরুপ ঐখোয়গা পুকচেল মান্ননা চায়-চিন্নবা পুক্কিংদা অকাউবা লৈনদনা লৈবাক পানমিন্নসি হায়রকখিবা য়াকম লৈখি। অসিনসু লোই-বদি নতত্রি। হয়েং তুংদা হৌরকদবা ইরুপকী ইচাশিং অপিকপা অদুগা সাহেপ ঐখোয়গী ইচা ইশূশিংনা য়াকমশিং অসিবু কাউনদনবা পুরান লাইরিক ইরগা থমহৌসে হায়নুনা কোয়ি মপাকপু পান-না য়ৈখোক্রপা মচিল তুম্বা য়োংকী মচিন্না খোংল-খোংলদুনা ইবা পুরান লাইরিক থয়খিবগী য়ারমনু লৈরি। খোংকম অদুগী মৈদিংগুবু ওকলেন লাংশম খৌগুমবা, তিলাইল চীংদোন ওম্বা, ঔয়া লানয়াম্বা, থোংনাং কাছার লমকনখোবা, ইংরেজ মরুপপু কনবিব, ঔয়াগী মখুত্তগী মৈতৈ লৈবাকপু অমূক মুল-হৌবা, তুমুদ ভেঙ্গোল লিংবা, অঙ্গো চিংজাউ মতোল য়োনা লানওবা; লিংথি তুরেল মপাল য়োনা লান্দাবা। ঔয়াগী লান্দা লোক-তায় অপিক

খোঙজেম তাইবি লাংথবাল। খোংচু রায়মোকপা মপূয়াঙ্। পাংয়ায় চানমবা মহীথেল। মথাং খাঙডাপা। ভুসাং হিনামবা। ত্রিনপাল কায়তোংবা মকাইফম। য়োইবু মহা মায়ারেন॥ তাইবং পলেম পনখৌ ওইবগী। মালেম সনা মখোঙথাবু তান্নফম। তাঙজা লিলহাখোংবু ঙমলোশনানা। মৈতেংঙু নোইনাই কৌবা চীংথং-থোমবা॥ খোংলেন মাখূৎফা। চন্দ্রনদী লাইজা ঈয়েনপূং। কানচি-পুর লয়মমোনবু। পূমনা চননা অশৈনবা চমু। মপাম লমলেম মদাইমা। হাওরৈ নোংনেম থানা পাংবরম। মৈতেংঙু নোইনাই কৌবা চীংথংখোমবা। খোংলেন মাখূৎফা। থোংলেন হম্বিংখোইচা অরীবনা চাইপীপূং। চাইবী খুনতাপূং। খোইয়ম লোইচা হাইবা খুনতারাই। কেকে ঙাইতে পনমরু। মোইরাং থমপাল নোংসালৌ।

---

ফাওবদা কোলোয় মিংলেনবু তাবদা শৈথানবী অহৃপা খোংজু রাইরোকপগী ওয়াঙ ময়াদা লৈবা লাংথবালগী লমদম পাংয়ায় চানবগী হিদেল ওইবা হিগী হিওংঙম খোং অপাংবগী মপান্দা লৈকম ওইনা তেংবানবগী মহা মায়াগী মশক ওইবা ভেংবানবগী মমা মপা ওইবা তাইবং মপূগী লৈকম ওইবনা মাগী স্না খূয়া থবালবু ফংজগে হায়না তায়জবা লমদমগা থংনবা লৈবা লিলহ খোংগা থংনবদা মৈদিংঙু নোইনাই চীংথংখোমবগী মকাইফম ওইনবা চন্দ্রনদী কৌবা লাইজা ঈশিং চেনবনা কোনবা কাঞ্চিপূর কৌবা লমদম য়োনা কোলোয় মিংলেনবু শৈশক শৈথানবীগী মপাম লমদমদি হাওরৈ থা পাংবা লম মোইরাংগী থোংলেন হম্বিংখোইচা অরীবনা চায়না খোংফেন হাংনবগা লোয়মনা খুন্দারবা লোইচা হাইবনা খুন্দাবা মতমদা কেকে মোইরাংগী থবাল নোংশারোগী লমদম কোরৌ থবী তারকপা ঈশিংকনা

কোয়্রৌ য়িচাউপা লোকোন্নুং। কোহুং অচনবা। চেকায় লয়্যাম থৌ। মুংনম থুংপিপোক। মচল কেকে হাওকু লৈমা। লোইনাই ভাবীনা ন্যংমুং থোঙ্গা তিংমা লোইচন্‌লম্। মহু হাওভোনবা লোইহারম। থুমুং লয়হন নিংথৌ চন্থু। হাওরা লেনচামবা। লোইয়ম চাবু অহোঙবা মচীংচিন। য়াংলৈ থৈচমপাল। থোকবা ভাংডাপুং। খুয়োন থাংলৌ লমন্নুংশি। চোয়নৌ সমা পুনথোংবা লয়মায়ায়বু। লমলেন অনী চয়্যংভা। ভুনেম অনী থেননাভানা। অশে ভেং-থানবা চন্থু। অমু নিংথৌ কেগে লৈমু অভেং পুনশিবা। সনা য়ৌমাদগী শিনথবা য়ী। থংচিং কোয়রেন নিংথৌবা। সনা মীদা কাকবী। মপাম ছয়েল লাননিকৌদি। নোংয়াই অমু তায়মন্থু। হাওচেং নমপোককী। কমপোং মৈয়া চাউকুমপা। লোকভাক পনয়া

---

থমা লৈবা চেপায় য়ায়া লৈবা নুঙনাউবী মচা মচা য়ায়া লৈবা লমদা হাওকু লৈমা লোইনাইভাবীনা লংমুং থোঙদা তিংনা ভাবা লংনা লমথৈ কোয়না খাজিনবা লম হাওভোমবনা লোই হাবা লম। থুমুং লয়হন নিংথৌগী মচানুপী হাওরা লেনচাবা লোইয়মচা অহোঙবগী চৌংজিন্দা লৈবা খুয়োম থাংলৌ লমদমদি য়াংলৈ থৈচম মপালনা অমদি থোক ব্রানা মপুং ময়য় কায়া হোবা পুং, সনানা মঙান লৈবঙম লমদমসিগী নিঙথিবা মভোনা অরাংপা লৈভবা লমদম অসিগা লমদম অনী অসি অমমসু অমদগী হেন্দা অমমসু অমদগী ভাবা লৈভনা লমদম অনীমকী মীশিংনা শৈশক লৈবা৮ নবীগী মমোয়্নি। মবুথৌ মৌইরাং নিংথৌ লৈমু অভেং পুনশিবগী সনা ইদগী চাইথরকপী লৈমগী মপাম লমদমগী মতিক মঙন্দি থুমমগী অমু তায়মসু কৌবা থঙহোদনা হোয়কপা কযোং মনাগী মৈরীনা ওামা চাউনা চাকপওমা লোভাক পনয়া কোয়রকপদা মী অয়ায়বনা হেক্তা থঙনমা অরহো

লুয়াই তোংকা পানবা চসু। নাম্ উনবী লীরেংনা। হরি পুকনিং চঙবী শ্রীরাধা মাধবজি অনীমাগী। কোলোয় মিংলেন শোনববু। ক্যোরৌ নোংতামদা। থবী চয়রেপতবী। শ্রীজি থোইমোম লাই-মরুগী। চীংঙু সনা মথোঙথাগী থৌখলবু। নিত্তি নোংপুম কায়দনা। থৌখল প্যাংশোয় নীক্তবী লৈমা মমাঙকিনা। সনা চংলৈরেমদরিঙৈ। সনা চংলৈরেমবী। স কন মফেংলাই মমাঙগীনা। লুপা থেনমায় লাং-রিঙৈ। লুপা থেনমায় লাংবী। মৈতৈ লৈমা য়িরাংলোল। শমংত্রাই হয়রোনথোককুমবা। ললিতা মনজুরী পায়মা সনা জিন-কোয়কী।

---

ওইবশিংগী মরক্তা অথোই-অহেন ওইরকপী থোইদোক-হেন্দোক্লা মীথোই মীহেন ওইরকপা ইমুংগী নিংত্তোল ওইবা ঈশ্বরগী নাম শোনবদা পুক্লিং চেংচবী ওইবনা শ্রীহরিদা থরায় লূপচনী শ্রীরাধা মাধবজি অনীমকী মিংলেন শোনবদা কোরৌ নোংজা অনন্ত লেপ্পা লৈরক্তবী শ্রীগোবিন্দজীউ কোবা লাই অথোইবগী থম্বাল মানবা খুয়াথাদা থোগল তৌজবদা নিত্তি নুমিৎ খুদিং তৌবা হোনবা থোর- কায়দনবা হোৎনবদা অরাং-অহেন লাইজরক্ত-বীনি। অহ্নগা নিংথোগী রানা ওইবীশিংগী মরক্তা শিবা ফংনরক্তবা সনা লীক্লাং পারেং নিংথিবসু ঙকশম তাবা নিংথিবদা লিকথোয়রকপী লৈম-মনাই ওইবা থক্ত হৌথবীশিংনা লুপাগী শেম্পাক্তা ( পুখমদা ) লুকহা শেন ওইরক্তববু ওইবা ফংলক্লবা মোইরাং শলাইদা নাউদাবী পুকনিং হুয়বা হয়রাং মতৌ শুস্থে কপঙয়বা কোলোয় মিংলেমা ললিতা মঞ্জুরী হায়না মিংলেমবীগা পায়মা সনা শিরোমনুংদা পোকচখিবা।

---

## অনী (২)

লাইরেল মৈতেংগু মাউথমলাং। থমলাং অতোনবা। লোয়রেন হয়ফাও থীনবগী। য়ুনৌ কোনদে কোননা হুনগুম্বা। চয়ৈরে মাহোংতোন। মাললৌ থুপকিতোন। হুমিং খেনকা য়াইরংচান। চোয়নৌ সনা লীকতোমপোক। লীকলাং পূমতাক্লককুমবা। হেয়া য়াই মপা। তমপা য়াইনিংথৌকুমবদি। কোয়ৌ নোংমাতোনবু পানতমনাবা। লাংকোই শায়োকপূং। পোইরৈ ময়ায় স্নুমখো'পাল। লাইরেল তাউতনবা মহুমহুংগী খুনকুমপূং। তুবি য়াঙবী য়েকতৈবনা। লাইরেল মথেক ফৈবু শানা কোনথাপূং। খুনুং শিঙবী মতাং

---

## অনী (২)

মৈদিংগু অতোনবা, নিংথৌগী মচিম্মন উশিংগী মরক্তগী থ্বাইদগী অতোনবা, ইকোনঃকে'ম্না হুনকপা উশোয়গুম পোক্লকপা, নাহোং অথবা ওইধুনা থুপকিদা অরোইবা ওইরবা নিংথোনা কোরৌহনবা মুমিংনা নোংপোক মায়কৈরোমদা ইরং লংনা থোক্লকপগুম লীক্লাং পরেংলক্তগী থ্বাইদগী তোপ-তোপ্না শিবা লীক্লম, মশা তাশিনবদা মপূম ওইনা তাশিন্নবা লীক্লমবা, হীরা মণি মুক্তাগী মপী মকোক ওইবা, য়াই লৈবশিংদগী য়াইশিংথৌ ওইগুম্বা নিংথোদি মতিক মঙাল য়েংবদা কোয়ৌ নোংমদোলগা পান্দম্নবা য়ারবা নিংথৌনা পোইরৈ সনা লৈবাক্তা লাংগোই শায়োকপূং ওইবা ময়ায় গুমখোংপাল হায়না খঙনবা লমদমগী সুরুং মথক্তা মুমিংকী শাদৈগেদগী পোক্লক্তুনা লেংগবিয়ক্লবা পাখংবনা লমদম অসিবু তাকপি

[illegible]। [illegible]পুহৎ [illegible]তৌ মৈয়া [illegible] [illegible]নবা[illegible] । [illegible] মহুৎ। [illegible] [illegible]কোয়থক। তোয়নৌ [illegible] [illegible]। লাইরেল কোলোয় মিংথোংবদি। কাউতৌ পনমরুদা নাউম্নিবকোন[illegible]। কবো সাকাতোং লায়রবা। ভরেৎ থাউনিঙনুংগী। [illegible]থোইরবা কোন। নমানেং [illegible] কোনমাচং। তামথি উৎফুলনুংগী। চোয়নৌ সনা মৈথাওবা। 'সমা কোনপাকথকতা। লাইরেল কোলোয় মিং-লেন ইনা মিংথোংফবা লাইরেল মৈডেংঙু নিংথৌরেল য়াইফবদি। কোয়ৌ মুমিৎ থুদিংগী। লোইদাম নিনমাং থানা থবী মপুং ফা। থাজা মঙাল চাউরকপাহুগুমববু। লাইরেল সনা হকচাং য়িনিনচাউ; তুবি পূকনিংচাসুফা। লাইরিক সাধন মপ্নি ওম। কোয়ৌ মুমিৎ শগোলসেনগুম। বেদ পুরান হৈনা। রাজানিতি থঙনা। কংলা

---

শেনবিহুনা লমথাঙদা মৃৎহল-মাওহনবা লৈভনা থায়নগী চৎনরোল পূখবু কায়হনবা পালক্রবা সনা কোনুংগী মনুংদা লৈবা সুরুং মথক্তা থাবা সনাগী সিংহাসন্দা ফমাল ভোঁংবদা থোনবা কোলোয় মিংলেন্দি কাউতৌ পন-মরুদা (কবোগী লমদা) পোকখিবা শাকাতোং লায়রবনা মাগী ভরেং শেমগাউনুংদা লুনা চেকশিন্না থমজবা মৈগী কোনফুদগী মওং ওইনা অমদি উফুল মরক্তগী লোথংলবা সনানা শ ব মপাক্তা মৈদিংঙুগী মিংলেন ইহুনা মিংথোনবা মৈদিংঙু নিংথোরেল য় ইফবদি নুমিৎ থুদিংগী পূর্ণিমা থাজ ওইরক্রবা নোংম-নোংমগী মপুং ফাগৎলকপা অহুওয়া মৈদিংঙুগী সনা হকচাংনা নোংম-নোংমগী অসুম মপুং ফাগৎলক্রবা অহুগা সনা পূকনিংসু মভিক চানা মপুং ফারক্রবা, সংস্কৃত, বেঙ্গলী, আসামী, মৈতৈরোলগা লোন মখিনু নিঙথিনা ওয়বা; লগোলসেন ওরুওয়া বেদ পুরান হৈবগা

নিংথৌ তন্না। খানিং থবা নিংথৌস্নুং নিংথৌ তন্না। নিংথৌ ৫০ মাকা মদাইরেম রাংঙম থয়াঙ কোন্দাই লোনবা। অথম মীপোকপা অথৌ লাংকোনবা। তনবা কংলাকাও। মরোয় পূমনামাপু। কংলা উত্রা মমাঙদা। মাকা পোংপৈরবগা। ব্রাহ্মণ খোইয়ম ব্রহ্ম শাগৈ-রেনগী। ব্রাহ্মণ রতন পূমনামাস্নুং লেংগাতিন্। ময়ু লাইরেল মৈত্তেংঙু নাউফংবা। লমথক শারোনপূং। তিঙয়ি রাকোঙলাক্। লাবা নোংলৈফমদা। সনা চিরোঙ থম্বালশা। থাকথোঙ রায়মা মশিঙ শুবা। চোয়নৌ সনা সিংথাসোন্দা। লাইরেল মৈত্তেংঙু না। শাংতিং লালনৈথেম। পূন্নুং লানপোৎ মঙানঙাই। মাকত্রে উন-কোইথোং। নিংথৌ রাংবা শঙশানা। তুবি লুকোয় শলাইহেন্। ফুরিং হুমিংলাবা মশোঙচাউ। থবী লাবা মঙাননাই। তুবি চুপপু

---

নিংথৌ ৫০ মকা মচা মনাই ওইবা মপা-মপূগী হোন-চংনা ঙাক্না লাক্লবা মথোনা লৈরবা অশোন-অনা কয়াম্ন কনবিবদা মথরাই পাম্মুন্নবা কংলৈ লমগী অথাকপা ফাওরেলঙম মপাজল মতিক মথোনা লৈরবা মরুপ-মপাং পূম্নমক কংলা উত্রা মমাঙদা কারক্লনা পৈরদা ব্রহ্ম শাগৈদগী পোক্লরকা ব্রাহ্মণ রতন পূম্নমক তিন্নহনা থায়না মবুথৌ লায়রেন মৈদিংঙু নাউফংবদা পাজবা লমথক শারোনপূং তিঙরি রাকোংলাক লাবা নোংলৈকম হায়না থঙলবা সনা কোম্বুংদা সনাগী চিরোঙ হাপ্না থম্বাল মওং মায়া লাক্লবা সনা সম্বায়গী থাক কাকমদি খোঙথাং চানা কারগা থাহনা লৈবা সিংহা-সনা মৈদিংঙুনা নিঙথিরবা মেংবদা মিং থক্লবা কমাল ফিজেৎ-লেং, কোক্তা কোকয়েংশলাই খোল্লুনা অবাংবা সিংহাসনা মথক্তা অমুক্তা মথক কুপ্না বাংনা খজিবহনা কয়বদা খোজিবা ফুরিংনা নুমিংকী মঙালঙম

থোই। লাইরেল লাইবু ল্যাংনা কমকমলাবদা। তীর্থ রাইকমরেন মৈথিকী। লাইচা য়িরিকলাই শেংথোইবনা। লাইরেল তাঙজা কোক্তা হৈ। ব্রাহ্মণ রত্নন পুমনামানা। বেদ মন্ত্র শোল। আশিগাং থৌজাল শীনবা থুংনা। বর লনকুববগা। লাইরেল মৈতেংঙু গী তাঙজা লুহুপ মঙাননাইববু। মদাইরেম হুংচানবা মনুং তরেং শেলুংবা। লাইরেল মৈতেংঙু গী পায়মা থোয়দঙবা। তিলাং থোরতাবা। খামেন চপপা ফিরালনা। লাপনা মঙাল নাইবঙম। কীর্ত্তি কোলোয় মমিং চংপা। থম্বৌ সিংহ হাওবমচানা। শম্ভু থুংতা পায়না। সনা থৌগল তৌচৈএ। মদাইরেম পায়মা লৌশিংবা। লৌশিং মতা লাম্বনা। লাইরেল মৈতেংঙু গী। লুহুপ মঙাল নাইবা অস্নিবু। তুবি তাঙজা কোকতা হাপপদা। য়েকম মতোন চোংবগা। লাইরেল

---

ইরং-ইরং লংনা মিং থক্না নিংখিরবা ফিজেংনা লৈতেংবদা মথার মমিং লুনানায়া অথোইবা ওইহনা লেঙশিল্লবদা লাইকম ( তার্থ ) গী অশেংবা ঈফিংনা মৈদিংঙু গী কোকথক্তা হৈথরে। অহনা ব্রাহ্মণ রতন পুয়মক্না বেদ মন্ত্র শোনবা লোইরবা তুংদা আশীর্বাদ তৌহনা থৌজালগী মঙ্গলগী মশক ওইবা-থোর পোইবা তুংদা মৈদিংঙু গী কোকথক্তা লৈতেংবব নিংথৌগী মনাই নিংথৌগা পুক্নিং তানা লৈরবা খামেন চপ্না ফিরালনা লাপ্পা য়েংবদা মিং থক্তা ফজরবব মমিং চংলবা হাওবম থম্বৌ সিংহ কৌবা তয়েং শেলুংকম ওইরদা মখুত্তা নিংথৌগী লুহুপ হাপ্লহনা থোগল তৌজখি। মনাই অচানবা ওইবা-থোইলোক হেক্কোক্না লৌশিংদা মপা লৈরবা শেলুংবদা নিঙখিরবা য়েংবদা-মিং থক্লবা নিংথৌগী লুহুপ কোকথোল অহ মৈদিংঙু গী কোক্তা হাপ্পদা য়েকপা ইঙৌ-ঙৌনা মতোন চোংবগুমা খিন্নুনা লৈবা, রতৌ অহনদা

খুনভাষাই। নেমদৈ ভাহাপুং। য়াংখৈ ঙাপৈ থেল। লমজান কৈফেনবী লমকায়ম। চাখাবা তোরৈথেক। মহু মোংয়হনবা উনয় উয়োককোন। নোংয়াই য়োইবচন্থু নোঙ্গামাই। শাবা নাহা শনুশেনথোং। লমলেন অপোং য়িংথোললেনবু ঙমলোনেননানা। অঙৌবা পুরৈয়োমবা মকায়কমবু ঙমথংনানা। থোইমোম অয়াঙ লৈমা কবোক চাইবী। লোইদাম কুমজবী। চৌংঙু কুমথায়বী মরমথৈবু নাতৈনা। লংমাই অচোং য়িমলেনবা চন্থু। পিতংঙা লীকলু লৌথীবীনা। পোইরৈ খুমকুমলকপতা। অরা পোংথাকম। থৌতু নুংপৈথেল। পুংলেন মথুংকা। য়াক্রম পনথোং খা। য়াংখৈ লাইকোক পামবা। মফৌ শায়াই চেনবনা কোইজবা মরমথৈদা। লাইরেল সনা য়োইকোনহুং। কোনুং সহয়া অচনববু। লয়না

---

হিরুবনা খুন্দারবা মতমদা ভাহাপুং থেংনবদগী য়াংখৈ চাইপেথেল হায়না খঙনবা কৈফেনবীনা কায়া লম লাইনিংথৌ চাখাবগী তোরৈনা থেকচিনবা মোংবহনবা উমং উয়োক্কা কোনবা খুমন য়েক ওইবী। য়োইবা চন্থুনা পিথিবা লম্ থাবা শনাই নিংথৌ হাক্তনা শারবা শনশেনহোং অদুগা অপোং ইং-থোলগা থংনবা লৈবা অঙোমশনাই মবুথৌ পুরৈয়োমগী নৈকমগা থংনবা, অয়াংলৈমা কবোক চাইবী কোবী কুমজা থাজগী কুমদবী ইবেমগী লৈ-কমগা তাইনবদা লৈবা শেলোই লংমাইগী য়ুমলেমম চন্থু লংমাই পিতংঙা-লীকলু লৌথিবীনা পোইরৈ কংলা তাঙ্গা লাকপদা অরা পোথাক্লগা থোৎ নুং মচাশিংবু পৈশ্নুনা থয়বগী য়াক্রম পন্থোং হায়না খঙনবা পুংগী খা থংবা, য়াংখৈ লাইকোক পাম্বা মফৌ শায়াই চেনবনা কোইবা, মরমদা মৈদিংঙুগী সনা কোনুং নিংথিবা অমা শেম্নবদা মৈদিংঙুগী সনা অকার

শানশেমলবগা। লাইরেল সনা ষোইশঙকাই। শঙকাই কোনলোয় মুংনাংপাল। অতেং শঙথুংশা। হেকঙাই শঙনুংঙল। পেঙকী লানচাইশঙ। ছুয়েল লয়হকপী লয়হুকপা ফানাশঙ। ষোইত্রি শিংলি পাফল্ শঙ্। ফুম্রে অকলা মিতমশঙ। তোরি মালহৈশঙ। অশৈ লোমাং তেংনা শিননা য়াকাশঙ। য়াকা পোংপৈ শঙবু। থাকী চেকখোঙ হৌ। থৌতু নু থোঙচন্ সুদর্শন ফুরা লাইয়িমশা। চেঙ-কুম নানৌখিন্। মণি মিংশেল চনবনা। চেংলৌ মিংপু লং। লুপা মহী চেল। সনা চীরোঙ থমবাল শা। থাক খোঙরাই শেম। চীংঙু বিশ্বকর্মা খুংহৈবনা শানশেম্বা খোইয়ম লাইগী লাইরৈবাককুম। নিঙথি পূকনিং হুবা শঙ। চোয়নৌ সনা

---

ওইরিব।— পূকনিং হুরবা সনা শঙ্গাম্বু হায়নিংঙাই নৈতনা তেংনা নিঙথিবা মরম্না ওক্তোকপা শঙ্গায় ওইরবা পেঙ্গি লানচাই শঙ ওইবনা লমহেনবা হেনবী-শিংবু রায়েল চৈরাক তোনবা মফম ওইনা সঙ্গায়গী কাতুপ অমদি মরোং-মরোং লোঙলিবা শঙশিংনা অমগা অমগা মরী-মরী শময়না শারবা ফুম্রেনা খেংপা মওংগুম্বা মনুংদা ইকোয়-কোয়না চংন ফাওনবা য়ারবা শঙ অদুগা অশৈবশিংনা চাকশিন তৌগ্ধনা লালুপ কাবা শঙ মীয়ায়া পৈত্থনা লৈবা শঙদি থাগাগী মীনা শাবা চেক্লা মথোঙ হৌরগা নুং চন্দ্রনা সুদর্শনগী মওং-গুম ইকোয় কোয়রবা মওংগী ফুরা, লাইগী লাইশঙগুম থক্তা শাবনা চেঙ্গুম্না লয়পুংথক্তা ইনৌ নৌনা শোবগুম বিন্নহনা অরুংবা মিংশেল চন্দ্রনা মিং থকহল্লবা লুপাগী মচুগুম ইঙৌ তৌনা উরবদা সনাগী মচুনা থক্তা চীরেং ওইনা থবালগী মওং শারবা অদুগা খোঙদাকম খোঙগী খোঙথাং চানা শেম্লবা থাক পূম্নক অসি বিশ্বকর্মা কৌবা খুংশা হৈরবা লাইন্না শেম্বা লাইরৈবাকী মতোঙম নিঙথিবদা পূক্নিং হুরবা সনা শঙ্গায়শিংদগী হেক্তবা

সণ্ডকাইরেন। সণ্ডকাই সনা দোলান নুংঙাইবদা লাইরেল সনা সণ্ডকাই ওইববু তানফংলবা মিংথোরেল্লনে। অসিমুং মতোমদে। লাইরেল সনা মহ কথককী।, য়াইবী মথোই তোংবগী। মিং- লেন শিদববু চংপদি। লমলেন কংলৈপাক খ্বাই পনথোমপুং। মথি লৌথোংপাল। নাকা য়িমকপী। মচল লৈমা শিলহৈতবী শিলতমপুং। মনিঙলৈমা ওলহৈতবী ওনতমপুং। মপারী নাউথাক- পুং। মমোম নাউহনপুং। মৈতেংঙু লয়চোল কৈথেললেনবু। তেংনৌ য়োংকী য়িমবী যুং। য়োংকী খাংডেল পৌরোল পী। তেংনৌ য়োংকী চিংখা কোনপাক য়ৈনা য়িমকুপপা। খুরায় রাংথৈ খ্বাই য়াইসিকুল। লৈকাই খু-চেৎ মরিমাগী। হৈজা অওইথিবী। মোমনু মুজালুপ পুমনামানা। মালং নোংশিং হুমহনতা। কোরৌ অচু খাঙহনতা। রাংবল অশা লাংহনতানা। মরান মোংবা

---

নুংঙাইরবা কজরবা মনাল অসিদি মৈদিংঙুগী সনা হাক্তক্তদা কংখিবা মিংথোয়েলনি, অহবু অসিনমুং লোইবদি নত্রে। সনা হাক্তক অসিদা নুংঙাই য়াইকনা কোলোয় মমিং চংনা পানখিবদি কংলৈপাক অসিগী খ্বাই পানাগী নাগ ভুরেল মরু হোয়কফমলোমদা লৈবা মচল লৈমা শিল- হৈদবী শিলতমপুং মমিং লৈমা ওলহৈদবী ওলমপুংগী লমদমদা লেম্নবা মপারী মমোম থাকচনবা লনোন ইণ্ডিক তোনকম ওইরবা কৈথেল অচৌ- বগী মনাক্তা য়োংকো য়ুংবী য়ুংলগা পৌরোল খাঙডেল পান্দুনা থক্তা ভিক্ত মপাক অপাকপনা কুপ্লবা কৈথেলনি। মসিদা খ্বাই য়াইকুল খুরাই রাংথৈ লৈকায় ও অসিগী লনোল ইণ্ডিক তোজবী নুপী অঙাং পুয়মক্তা লোং মুংশিংকী অরা-অনা লৈহন্দনা নুংশাগী মৈশা লাংহন্দনা ময়ুংমদা ময়ুংমত্তম

ক্ষিমওইনানা। য়াইফা হুংঙাই মরাং কায়বগী। বোর ক্ষিহৈনাগুম লনকুবদি। লাইরেল মৈতেংঙ্না তানফংবা নিংথৌরেলনে। লাই-রেল সনা য়োইকোনন্থু। কোন্থুং সহরা অচনবদগী হৌনা। লৈ-কাই খুনথোংঙ মরিমাগী। শোরোক য়াংলৌ লমদাংলেন। লমচাউ কাকূপ পূমনামানা। লৈরক খুললক থাকতানা। থাকী চেককুপ হয়। ঈংক্রি লয়মায়শীং। নুপী অঙাং হনবা হনু পূমনামাবু। উৎফুল লৈরীক হৌহনতা। লৈথোম লৈরীক চোৎহনতানা। হুংঙাই মরাং কায়রবগী। বোর লনকুবস্থুং। লাইরেল মৈতেংঙ্না তানফংবা শোরোক য়াংলৌ থুতিংগী। লাইচা য়িরম খৈপিকপু। তেংনৌ য়োৎনা থাংশেমবা নিংথৌরেননে। ময়ু নিংথৌজা মমাঙগীনা। পানবা চঙনা নম্। কৈরেল হিংনা ফাববু লৈথিতে। লাইরেল সনা

---

ওইহল্লুনা নুংঙাইনবা হোৎনবিবদগী মীয়ামা থোজালগী বোর পীরকপবু নিংথৌসিনা মীয়ামগী বোর ফংলবা নিংথৌনি। অসিগুম্বা নিংথৌরেলগী সনা কোনুংদগী হৌনা অকোয়বদা লৈরিবা লৈকায় খুঙং মরিমক্তা শম্নরিবা য়াংলৌ লমদাং সড়ক থুদিংগী অমদি লমজাউ কাওপ পূয়মক থুমক-ইরক থাকপা লৈতনা চেক্তী চেকুপনা লম্মীথক্তা থাহনা লয়মায় মাক্কনা ঈঙ্গি শীংলা লম্মী ওইহনা নুপী অঙাং হনুবী হনুবা পূয়মক্তা মথোঙদা উৎফুল লৈরিক অমত্তা কাহল্ল-লৈথোম থোকহল্লদনা নুংঙাই মরাং কায়হনবগীদমক লৈবাক্তা থোজাল য়াহৈ ওইবা বোর ফংগ্রবা নিংথৌনি। লম্মী সড়ক থুদিংগী নাক্তা লৈবা ঈরম থোংলম পূয়মকী মথক্তা য়োৎনা শাবা থোংবু শাবা হৌথিবা নিংথৌনি। অদুগুম্না মাঙদা পানথিনা মমুথো নিংথৌশিংদি পানদনা কৈরেল অহিংববু কনামসু ফাবা লৈথিদে। ইনিংথৌসিগী সনা হাক্তকদি

মহাকথকতা। পুচরুক অশোঙপা। য়াংবরুক অয়াংবদা য়াহিপপতি। লোকচন্ অশূকপতা চাকতায়া। পানবা ঙংমরকতা। মালেম লয়রোল নীকপা। কৈরেল লাউমারকতা কোয়ৌ থমনোং-থোংঙম্বা। ভিমেন তাচিল অতুমবা। তাচৌল মৈরীক থোকপাপু। থোক্লাং থেরে তাংমিং খূৎনা পায়। পানবা হিংফোয়নাবা। কৈ-রেন হিংশোয় শায়না। ঈমু ভোংশা চঙনা চূপপা শাবু। পানবা চঙবা নম্। কৈরেন হিংনা ফাবা। পানবা শারাক তম্। কৈরেন মীরোক ঙমনা নাউয়োকপা। নিংথৌরেলনে হায়ভপারা। লাইরেল মৈভেংঙু। থবা য়াইরৌ লীককুমবা নিংথৌরেনগী। তুবি থয়াঙ মথৌমল। লাইরেল চুঙশেল মরানঙন্দি অসিস্নুং মদোমদে।

---

---

থ্বাইদগী হেয়া শোঙ্বদা হায়নিংঙাই লৈভনা শোঙলকা উমংনুংদা চাক্তাবা কৈজাউনা অমুক্তং ঙংলকপা লাউরকপদা লয়রোল ফাওনা নীরুবা অহৃগা কৈরেলগী থোঙেয়া কোয়ৌ নোংথকৌ লোং থোংবঙয়। কিনরবব্ ইনিং-থৌনা সনা খূত্তা ভাগী ভাজিন্দা মৈরী থোকপঙম লংনা মহ্রিন ছুয়বা মথোক থোকলাং মভাং পানবদা খূত্বম চেৎনা পায়রগা চোংশিনথিহনা শাহিং চাবা ঈথেং থকপা পানবা কৈরেল অচৌবর্ চঙন। নমহনা হিংনা হিংনা ফাবা নিংথৌরেলনি অহৃগা পানবা কৈরেলঙম মীনস্নু কিনবা মচা মনাইবুস্নু কনখি য়োকপিবা নিংথৌরেম্নি। অসিঙম্বা লাইরেল মৈভেংঙু নিংথৌ-রেনগী মভিক মথৌম। শাঙ্গা লান্দা থৌবগী মঙন্দি অসিনস্নু লোইবা নত্রি।

---

## অহুম (৩)

লহাননোং লাইরেল মৈতেঙ্না। থোংনাং তখেল চঙলুঙে। ময়ু তখেল নিংথৌগা। চাননা পুকমাননবগী। দরবার রাঙাঙনকঙে। লাংকোই মোইশা রাপানববু। লাইরেল সনা মথোঙখাদা কংলক নোংগীবু। নদাইরেম রাকমা শৈদমপাল। লৌশিং তরা চকেম-তোনকুমবানা। হুয়া লাউনা শৈথিরককে।

লাইরেল নগুণ অরুবা। তুবি নতিক অচৌববু। রাকমানা তে থা ঙমদবদি। লাইরেল সনা খুয়া খানা ঙাকপিঙনে। মরম লমলেন মদাইমা। থোংনাং তখেল পুকাউরয়রো। কৌপাতি কতৌনোংকিনো। নয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোনকা। মতৈ লৈমা

---

### অহুম (৩)

লহান হৌরবা চহী থরগী মমাঙদা মৈথিংঙ্মা ত্রিপুরাদা সনা খোঙ-লেঙলুবদা ময়ুথো তখেল নিংথৌগা পুক্লিং খোয়জেল তিন্নবা নুংশিননা দরবার তৌবা লেঙলুবদা শামু অমা সনা খুয়াথাদা কংলকখিবগী রারম কয়াহু তোরবা ননাই ওইবা শৈশক শৈদমজরকপা, বুদ্ধি লৌশিংসু চেঙ মরক্পগী চপেমঙম্নবা ঐনা তেংবানবগী মমা ওইবী ইমাবু খুরুম্না শৈশক-চরকে।

ইনিংথো নহাক্কী নিঙথিরবা নগুণ অমদি নতিক নথোনাদা হায়-নিংঙাই লৈত্রবা অসিরু শৈদমজবা ননাইনা। য়েনা শৈথাজবা ঙমদবা অসিবু সনা চরম্না ঙাকপিগনিদো। ত্রিপুরা লমদমদা লৈবা তখেল পুঙ্গাউরয় কৌবা মফম্ব করিদগী কৌথিবনো হায়রবদি মব্ধো চীংখোং পোইরৈ-তোনগা মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবিগা অনীমক্কা মচানিপা নুপী মশাং

লৈনাউভাবীগা অনীমানা। মপারী য়াইনা য়াম। মমোম তোক্ল-হকপগী। হেমব শিদবা। লোইবী নাদববু। খূয়া থৌবী ময়াকচাম্। য়োংপী চয়শূ মক্ক কুমা থিরকপদা। য়াংলেন মপূংচাবু কাউরময়ে হায়বগীবু। তখেল পূংকাউরয়ও তৌনা কৌএ। থোংনাং তখেল পূংকাউরয়। কুলাসোরা লমদম নুংঙাইথিবা। তিব্র খুনকং মুংঙাইবা। নদিয়া তুরেল তোরৈ থেক। চীঙু বিশ্বকর্মা খুংহৈবনা শানশেমবা। আকরতোলা নুংঙাইবা। স্নুৎত্রাসোন ফুরা নিঙথিবা। আকর-তোলা মকোন্নুং। পুকখ্রি লাইচা য়িরেনপুং। লৈরাং লৈরম শুনা ওঙলিরাই। শিঙলেন থমপাল অঙাঙবা। লৈনা ১০৮ শুবনা শাংলিরাই। লাইরেল মৈতেংঙু শিঙলেন কোতোমলৈ। লৈরাং তোমশাংনকুমবা। চন্দ্রকীর্ত্তিসিং। নাউচিংলেন নোংত্রেন থোমবনা।

---

য়ায়া শিখিবা মরমদগী করম্বা অনা-অয়েক চেক্লোইদোবা খুন্দাবা য়াবা মকম লৈরিপদগে হায়না খোঙগী খূয়া হেক শাবমথৈ অহৎপা পায়রিবা চৈশূগী মনিঙদা তোপ্পা য়েংপা কাওবা কুম্মথৈ চৈশূনা গুর-গুরদ্বনা লম থিরকপদা মাগী পূং মচা অহ্ন কাউরয়ে হায়বদগী তখেল পূংকাউরয় হায়না কৌনখি। তখেল পূঙ্গাউরয়গী কুলাসোরা কৌবা নদিয়া তুরেলগী তোরৈনা কোনশিনবা খুন্দা লয়ঙাবদা নুংঙাইরবা লমদমসিগী আগরতো-ল দা লাইগী খুংহৈবা বিশ্বকর্ম্মানা শাবগুম নিঙথিরবা ফুরা দলায়া থমবা সুদর্শন চক্রগী মওংগুম্ববা কোন্নুংগী লৈরিবা পুক্রিদা লৈরাংগী মথক শুনা হোররবশিংগী মরক্তা থম্বাল লৈনা ১০৮ শুবা অঙাঙবা থম্বালশিংনা পূমঙাং ঙাঙনা শাংপদগী লৈরাং কোদোমগুম তোমশাংনবা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নাউচিংলেন চীংলেন নোংত্রেন থোম্বনা পোইরৈ মৈতৈ

পোইরৈ সনা লৈবাকতা। শিঙলেন লৈক অমনা। লৈরাং চারা কোলোম শেমনা নাউয়োকঙবগা। লৈরাং লৈকা ফননা শাৎলক-লবগা। শিঙলেন হানননা শাৎপবু। শ্রীরাধা মাধবজি অনীমাগী। খুয়া লৈখোঙথা। থমপাল লৈঙাং লৈগুম্বা অনীমাদা শিঙলেন লৈকৎখিবগী। লৈরাং চারা লৈরু শুন্নাফম। থোংনাং তখেল মনিংথৌ। আকরতোপ্পা সনা চৌংদোমপোকতা রাঙনবা ধর্ম মাণিক্য। চোয়নৌ সনা রাপী হায়বনা। রাজ বিচার য়াথোক-শওদা। মদাইরেম থোংনাং লৈবাক কোইবা। তখেল লানলোই ফমনাইবা। পাত্র মন্ত্রি পুমনামাদা রাহমখিএ। ইদাই.রম থোংনাং তখেল লৈবাক কোইবা। নঙথোয়বু নভাউও।

মণিপুর সনা লৈবাককী। পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল। সুরুং লকোয় ফমলিবা অসিবু। তখেল ইঙাইরেন। লাইরেল মনোংয়াইতানে।

---

সনা লৈবাক্তা লৈরাং থম্বালসিংগী মরু অমা কোলোম ভোৎনা চারা শেমগা য়োক্লকবদা লৈরাংনা লৈকা ফননা শাৎলকবগা অহানবা শাৎপা লৈরাং থম্বাল অদুবু শ্রীরাধা মাধব অনীগী থম্বাল অঙাঙবমক মালবা চরন্দা কচ্ছখিবা লৈরাংগী চারা লোরককম আগরতোলা সহরগী ত্রিপুরাগী নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক রাম্লেপ্লিবা ধর্ম মাণিক্য কোবা নিংথৌনা লৈবাকী রায়েলশঙদা লেঙথোক্লগা তখেলগী ফয়াই-ফানাইবা মচা মনাই পাত্র মন্ত্রি পুম্নমক্না তিনবা মতমদা হায়খি। হে ত্রিপুরা লৈবাক অসিগী অঙম অথৌ লৈবাক রায়েন থোদা ভোৎনা লৈরিবশিং মখোয় পুম্নমক তাউ।

মণিপুর হায়বনা কোবা লৈবাকী মৈতৈ নিংথৌরেল ওইদুনা খাইগী মরাই তাঙবল ফম্বাল ভোংলিবা নিংথৌরেল অদু তখেল (ত্রিপুরা) ঐখোয়গী

লাইরেল চেংলৌ শককোয়থোং ভুবি পুন্নুং লেপপানথোংবু উনিংএ। নিংথৌ চেংলৌ শকখঙনা। চাননা পুকমাননানা। দোরবার রাভাঙ নরৌএ। রাংঙম সনা লৈবাককী রাজ নিংথৌরেনদি। চীংঙু মহাবিষ্ণু থোইথোইবা মহকশাংগুম্বনে। নিংথৌ চেংলৌ শকউরবগা। থোং-নাং তখেল ঐথোয়না। গৌরো লাইনিঙ অরবা। হিন্দু আচার লমচৎ নিঙথিবরু চত্তরবশী। পাপ্ মহয় ঈরেনপুংগুম্ববু কোকচঙেনে। থোংনাং তখেল ইরৈবাক। আকোরতোব্বা কোমুংলেন্দা কো-শিনসে। হায়না দোরবার রাহায়নরবগা। কিতাব চেবাংচানদা। লাইরিক খুংথোলমাবু ইথিএ হায়দবরা।

হে মণিপুর পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল। শুরুং লয়কোয়কম্বা। চোয়নৌ সনা চোংতোনলেনগুম্বও। থোংনাং তখেল ইরৈবাক।

---

ইঙাহি ওইবা ইশু নিংথৌহুমক্নি। অহুনা নিংথৌ মহাকী মশক নিঙথিবা মংও কজবা মতৌব নিংথৌ ঐনা উনিংই। নিংথৌ মহাক্তা শক্তা শক্তা উনহুনা ভুংশি-চায়বা পুকচেল থোয়বেল ভিন্নবা মওংদা শকথঙ মায়থঙন-নিংই। হায়না দরবার ভৌহুনা রা ঙাঙনরে! অহুগা মথা ভানা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌদি মহাবিষ্ণুগী মপান্নকুম্বনি অহুনা মশক নিঙথিবত্ন উরগা ত্রিপুরী জাতি ঐথোয়না গৌর ধর্ম্ম নিঙথিবা হিন্দুগী লাইনিঙ লোচৎ চত্ত-হুনা লৈরিবা অসিগী পাপকী মপেনা সমক্রুঙম চাউনা পাক্না লৈরিবসি কোকচবা ঙমগনি। মরম অহুনা ত্রিপুরা ঐথোয়গী আগ্গরতোলা কোনুং অসিদা অমুক্তং কৌশিনসি। অসুম হায়না রা হায়নরহুনা লিঙথিরবা চেবাং-থক্তা চিঠি লাইরিক ওইনা থুদোল ওইনবা ইথি।

হে মণিপুর সনা লৈবাকী পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল। ময়ার তাঙবল কবাল ভোংলিবা সনানা মতোল চোংবঙম নিঙথিরবও। ত্রিপুরা ইরৈবাক

আকোরতোলা সনা কোন্নুংলেন্দা। লাইরেল সনা খোঙলেঙবিরকও। তখেল ঙাইহৌশাং। থোংনাং ইঙাইরেননে। নিংথৌ ইশানৌ তখেল লয়কোয়ফম্বী। থোংনাং থাকারাণী কৌবীগী। লাইরেল মনোংয়াইনে। চেংলৌ শককোয়থোং। পুন্নুং লেপপানথোংবু খঙনিঙএ। নিংথৌ চেংলৌ শকউনানা। ইরেং পারারী। থমলাং পুরারীবু। নুংওল রারীনাসে। নিংথৌ চাননা পূকমাননানা। খোঙবার রাঙাঙনাসে। লাইরেল মৈত্তিংঙুগী। পাতা চিনথা খুফমলেনবু। ফুরা লাইয়িম শানা থমজগে। নিংথৌ পোৎলোই মশীং শুরকও। লাইরেল ননিনখোলবু য়াঙনা। নোংতমবিরকও হায়না। কিতাব চেরাংচানগী। শাৎত্র লাইরিক খুথোলমাবু। উপু চাচুম নমনা পীরকপাবু। লাইরেল মৈতেংঙুকী। শমু মথোঙখাতা রায়থুংলরে হায়তাপারা।

---

অসিদা আগরতোলা কোনুং অসিদা নিংথৌ সনা খোঙলেঙবিরকউ। নিংথৌ নহাক্তি ত্রিপুরা ঐখোয়গী মতম কুইনদা মমাঙদগী হৌনা ঙাইশেল ওইবশিংদগী থোইনা হেন্নবা ইঙাইনি। নহাক্তি নিংথৌ ঐগী ইতালোয় ওইনা রাণী ওইরিবী থাকারাণী হায়না খঙনবীদী মশূনি। অদুনা নঙগী চেংলৌ নিঙথিবা নভৌ পূকহুবা মঙং অদু খঙনিঙ উনিংই। নিংথৌ নঙগা উনরগা থায়নগী ইপা ইপুশিংগী হৌফম শাংফম পারী পুরী লীনসি অদুগা নুংশি-নুংওন্না চান্ন চিন্ননা দরবার (রা ঙাঙনবা) তৌসি। অদুগা তখেল ইরৈবাক য়োরক্লগা নিংথৌ নঙনা লাকপগী পাদ-চিহ্ন লোরগা ফুরা শাত্নুনা থমগে। নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেং মশীং শুনা শেংলকউ রাফমসিদা নিংথৌগী নিঙথিবা নপাউবদু থুনা য়াঙনা খঙহনবিরকউ হায়দুনা নিঙথিরবা চেদা মরীক চুমবা লাইরিক ইরবা খুদোল অমা উপু চন্নগা মথক্তা চা নমদুনা পীরকপা অদু মৈদিংঙুগী সনা খুত্তা থুংলখি।

লাইরেল নাউখমলাং। লৌশিং সমক্র লাইজা ঈরেন পুংকুম-বান্না। উপু চাচুম ফাকপাত্তি। পণ্ডতি মরেল থিনরবগী। থোংনাং অখেল নিংথৌগী। কোলোয় মপাউমেন পুমনামাবু নাতারবগী। লাইরেল পুকনি' মতোন চোং চংনিঙ ইখৌ লাংনা। চোয়্নৌ সনা সংকায়লেন। সংকায় সনা দোলায়নগী। রাজপারি মাংকোনলাংকী। লাইরেল য়াথোকফম। নমু পোংপৈফমতা। মদাইরেম রাংঙম লৈবাক কোইবা পুমনামানা। তোংলেং কুপত্তুম কুপ। থরা মণ্ডাল নাই। লোইতাম থানিংথৌনা য়ায়তা লং। থাজা মণ্ডাল নাইনা থোকপাত্নুকমববু। লাইরেল মৈতেংঙুনা য়ায়তা লাংনা ফম্কমলবগা। লাংপন্না চীংশাং খোইরেন হীগুম থুমথোইবা। পোনবী কুকিল খোনতানানা। পাউমেল্লকএ। তুবি হুয়রাং য়িরু শা।

---

নি থৌগী মচিন্নাউশিংগী মরক্তগী থ্বাইদগী অক্তোনবা লৌশি দা সমক্রগী ঈপাকুম অরাংপা অমসি চাংজো নাইদবগুম শিংরবা নিংথৌনা পিরক্লিবা চিঠিগী উপু অহু ফাক্লগা চিঠি মরোল অহু পরেং পরেং পারকপদা অখেল নিংথৌগী রাহৈ পুন্নমক অহু খঙলবনা নিংথৌগী সনা পুকুনিংদনা হেন্না অখেল লৈবাক্তা চংনিঙবগী খোরাংবা পোক্লহনা সনা শঙায় দলাঙগী মাক্লোন ওইবা নিংথৌগী রাথোকফম অঙম-অথৌ তিনকমদা নিংথৌ ওবা অঙবা ফরাই কাপ্লাইবা লৈবাক রায়েল থোদাবনা শরুক রারিবা ময়ায়া ইকোন্না কোয়না ফমদি অতিয়াদা থোকপা থবাসমিচাক ওইরগা নিংথৌনা ময়ামদা লোইদাম থাজনা ওয়্রা থোকপগুম্না মৈদিংঙুনা থাইগী ময়ায়দা ফমহনা। লৈরগা লাংবল থাগী খোইরেলগী খোইহিগুম থুয়্রবা, অথেঙবা, অতপ্পা, নুংশিয়বা রাহৈ রাত্তানা কোকিলগী খোজেলগুম্না সনা রাথং

লাইরেল তাউজিংইহয়কোন। থাইচেং লেংনা-তিন্। লেমচেং লেংনা ফাংবা। য়িমাতোননা পোকপা। লাইরেনতোননা য়েনবা। ফমথৌ য়িঙ ইরোই। লাইরেল নিংথৌ য়িহিশাং। অথম মী-পোকপা। অথৌ লাংকোনবা। রাংঙম থয়াঙ কোনতাই লোনবা। পুমনামাবু নাতাউ ও। থোংনাং মরম্বাককী। তখেল লয়কোয়-ফমবা। দিপ্ররাজা মনিংথৌমা। তখেল মরয়পাক। থোংনাং মশাইকোন। আকোয়তোলা কোস্তুংলেন্দা। লাইরেল ঐবু য়িন-তানপিরকও। চেংলৌ শকউনাসে। নিংথৌ চাননা পুকমাননানা। দোরবার রাহায়নাসে। নিংথৌ পোংলোই মশীং শুনা লাকপিয়ো হায়রকএ। অসিস্তুং মচেদামদে।

নিংথৌ মশানৌ। তখেল লয়কোয়ফমবী। থাকারাণী

---

হায়রকই। নিংথৌ ঐগী ইশাংক্লম্নবা নিংথৌ ঐগী হৈকোম্না হৌবা হৈপাল-শুম্লবা ইয়াত্তোম্না অমদি ইথুরাশিংনা পোক্লবা ফমথৌ নিংথৌ ওইবা নিংথৌ ঐগী ইশাগুম থৌরম থৌদা পুবিরিবশিং! শাদা লাম্মা মতিক নথৌনাদা ইপা ইপুগী মগুণ শুাক্লা চংপিরিবা অশোল অনাগীদমক থবায় থাদোকপদা পাম্মবা লৈত্রবশিং পুম্নমক ভাবিয়ু। মম্নাং লৈবাক ওইবা তখেলগী ময়াম কোয়রেন তোংবা ত্রিপুরাগী নিংথৌনা তখেল মাখোয়গী মরৈবাক্কী থোংনাং মখোয়গী লৈনফম্গী আগয়তোলা কোবা কোম্নুন্দা নিংথৌ ঐবু লাকপিয়ু। শক্লা শকা উনহুনা পুকচেল খোইজেল তিম্নবা মুংশিননা রারো রাজায় শানসি! নিংথৌগী ফিজেং লৈতেং শুনা শেংপিরক্লগা লাকপিয়ু হায়না হায়রকই অসিদমু মক্রি।

নিংথৌ মাগী মতাংলোয় ত্রিপুরা রাণী ওইবী থাকারাণী কৌবীনমু

কৌপীনাস্থং। লাইরেল ইনোংম্বাইনে। নিংথৌ চেংলৌ শকউনিঙববু। লাইজা ইখৌ লা কুমএ। লাইরেল ঐকী ইনিনখোলবু। য়াঙনা নোংদমবিরকও হায়না। সাংত্র লাইরিক থূংথোল ই। উপু চাচুম নমনা পীরকপাপু। লাইরেল শমু ইখূংপাকতা তানকংলে। অসিস্থং মতোমদে।

লহাননোং লাইরেল ঐনা থোংনাং মরয়পাক। য়েরূপ মরয়পুং। কলকাতা সোহোরাবু। থোংনাং লময়েংনিঙবগী চংঙৈদা। ইংকি-রাচা মতাইরেম। কলকাতা লয়কোয় ফমবা। শ্রীযুং লাৎ সাহেপ কৌবগা। দোরবার ব্লাহায়নরিঙৈ। লাইরেন ঐনা। থোংনাং লময়েংবা লাকএ হায়ববু। তুবি ইনিনখোনবু নাতারবগী। থোংনাং তখেল মনিংথৌনা। নিংথৌ মপারী সেনাপতি লালুকেরতা কৌবগা। মণিক সনা কৌবগা ঙাইরোইনানা। লাইরেল ঐবু চেংলৌ

---

ঐগীদি ইশূনি। নি'থৌ মাবু উনিংবনা ঈশিং খৌরাংবগুম খৌরাংলে। অদুনা ঐগী ইপাউ অমত্তং য়াম্না থুনা খঙহনবিরকউ হায়দুনা' চিঠি ইরগা চিঠি মখুমথক্তা চাজুম নমদুনা পীরকপবু নিংথৌ ঐগী ইখূত্তা থুংলরে, র:ফমদি অনিনসু লোইবা নত্রি।

মহাল হৌখিবা মতম থরগী মমাঙদা নিংথৌ ঐনা ইরূপ ইপিজা ওইনরিবগী লৈবাক কলিকতা সহরগী মমদম য়েংনিংদুনা চংলগা ইংরেজগী লৈঙাকপা শ্রীযুং লাট সাহেব কৌবগা দরবার ভৌনরিঙৈদা নিংথৌ ঐ লাকই হায়বা পাউ ত:বদগী ত্রিপুরা নিংথৌনা নিংথৌ মাগী মচানিপা লালুকেরতা কৌবা সেনাপতিগা মণিক সনা কৌবগা লোয়নরদুনা নিংথৌ ঐবু উনগে হায়না থিরক্লবদা কলিকতা সহরদা ত্রিপুরা নিংথৌগা ঐগা

শকউনগে। হায়না হোইথিরক্লবগী। কলকাত্তা মপুংয়াইদা। থোংনাং ত খস মনিংথোগা। লাইরেল ঐনা চেংদ্লৌ শকউনরবদা। লু শি পূকনিং য়িথক হো। মিংকোয় লাইজা য়িখমতাউ। লাইরেল ঐগী থুং তল তাংবুম পায়। য়াওজেন লাইকা শীং। ওকখি লুক লাং.কান। চে.গৌ শকথোং চি.না য়েংনা য়াহমলকএ। য়াংঙক সনা লৈয়াককী। সুরুং লয়কোয় কমবা নিংথৌরেল ও। থোনাং য়িংহীশাং। তখেল ঙাইন্নুংশাং। তখেল ইঙাইরেনতানে। নিংথৌ ইহীকশাংগী ইশানৌ। তখেল লয়মাবী। থোংনাং থাকারাণী কোঁ-বাগী। লাইরেল মনোংয়াইও। হনুতক পোইরৈ সনা লৈবাকতা। থিংলৌ নিঙনা তেরকলাবদা। থোংনাং তখেল ইরৈবাকপু ইনতান্-বিরমও হায়রবদা। লাইরেল ঐনা। ত.খস ঙাইনুংশাংনে হায়বর থঙদরবগী। থোংনাং তখেল মনিংথোও। হৌজিক য়াংলৌ লমমাথাঙক

---

উনখি মহৃদা য়ায় মুংশিনবগী পূক্তিং ঈথক হোনরক্তুনা মিংলুদা পিরাংনা পূমচেং চোংনা ঐগী ইখুং তাংবুম পায়রগা নঙন্দা শীং শীং নাক্তহনা ঐবু য়েংলগা হায়রকখি। হে মণিপুর সনা লৈবাকী ময়ায় কোয়রেল কয়াল তোংলিবা নিংথোরেল ও! নহ কি থে ংনাং ঐনা ইমী-ইতা ওইখা ঙাই.শেল ওইবগী হেন্নোক্তনা ঈগী মরী ওইবথক্তি মরমদি নিংথৌ ঐগী ইতালোয় ওইরিবী ত্রিপূরা রাণী থোংনাং থাকারাণী কোঁবী অসিগী মশূমক্তি। অহন হন্দক নহাক্তা পোইরৈ সনা লৈবাক্ত. হন্দুনা সনা থোঙলেওবা মতমদা তখেল ঐগী ইরৈবাকলে মদা লেওশিনখিরকখো হায়না হায়রবদা নিংথৌ ঐনা তখেল মখোয় অসিবু ঙাই-শেন্নি হায়বসি থঙদবদগী হে তখেল নিংথোও! হৌজিক্তি লমথাঙদা উনবা হায়নবা হায়বহ্ থোক্তে। হয়েং

থোকলে। হয়েং মণিপুর সনা ইরৈবাক্তা রাইথুংলবগা। লাইরেল কোলোয় য়িশঙকাই। শঙকাই সনা দোলান মাবু হোঙ-লবগা। থোংনাং তখেল নরয়বাকতা। য়িনতাল্লককে হায়রম্ববু। লাইরেল ঐদি থৌরৈ রাকাউরুরে। তখেল নিংথৌ মপাউমেনবু। থোংনাং রাকউদনা থুংলরে। থোংনাং তখেল মরয়পাকতা য়িনতাল-লুসে। ইয়ু তখেল নৈমবু। চেংলৌ শকউনরুসে। নিংথৌ পোৎলোয় মশীং শুনা। রাংঙম কুম্মৈ তৌরুসে। থোংনাং তখেল মরয়্বাকনা। মিংয়েং শানখৈম্মনো। অসিম্মুং মতোমদে।

ইয়ু লাইরেল মৈতেংঙু। দেবেন্দ্রসিং নিংথৌরেননা। থোংনাং থাকা মরয়পুংদা। কদৌবা য়াংগোইরুবনো। তখেল লয়কোয় ক্ষমবী। ইয়ু থাকারাণীবু। করম শাৎনরমবনো। হায়না লাইরেল

---

ঐনা মণিপুর সনা ইরৈবাকতা থুংলগা ঐগী নোনা শ গৎলিবা য়ুম সঙ্গায় দলান অসি চঙবা য়াবা শঙ্গাবগা থবক লোইরগা। ত্রিপুরা নরৈবাক্তা লাকে হায়না হায়রম্বা রারম অদুসু ঐদি কাউরুরে। অদুনা হৌজিক্তি ত্রিপুরা নিংথৌগী মপাউদি মাদি কাউরুবা নৈতবদগী পাউদু অমুক হায়ররে। অদুনা তখেল নৈবাক চৎলুসি অমসুং তখেল রাণী ওইবা অদুবুসু শক উনরুসি। অদুনা নিংথৌ ঐগী মী অমসুং ফিজেৎ লৈতেং মখল শুনা পুরগা মরৈবাক্তা হরাউ-কুম্মৈসু তৌরুসি। ত্রিপুরা লমদমদুগী মীশিংনা মহিৎ পেন্না য়েংজসনু-সদুগা রাকমসিনসু লোইদ্রি—

ইয়ুবো মৈদিংঙু দেবেন্দ্রসিংহ নিংথৌরেম্না ঢাকা নৈবাক্তা চৎলুবা অসিবু কল্লি মরমদগী চৎলুবনো। ত্রিপুরা নৈবাক্তা রাণী ওইবা ইবেম্মো থাকারাণীবু মতৌ করমা পোকপিরম্বনো হায়না নিংথৌনা রাহং অসি

কোলোয় মপাউমেনবু। অস্সুম পাউহংলবগী। মদাইরেমশিংনা পাউথুমতব্রিগৈ। হাওবমচা শাকৈরেনতাকী। পনম ত্নমিং থোকপু চূনবা। থোংন'ং লোনখঙলকপদগী হৌনা। মপু চাইরিয়া লাং-কাইফমদা। নিংথৌ লাইপক য়িমতিন্ননা। মপু পূক্কয় লনতিন-নরকপা। লাইরিক সাথোন ঙমপা। কোরৌ হুমিং শকোনসেনকুম। লৌশিং উনবী মচাক হোমবা। নাভি পূকলিন মুংকী। পায়মা উনকোয়নিঙবু খঙবা। পাউতাক পাউহন্নাবদা। খামপী মৈরীক থোককুমবা। লৌশিং ময়েং তাদবা। নিংথৌ য়াইবী মনুংহৌ। কনচাউ মৈরা থোকলাববু। য়াইবী য়িনিল নেমহনবা। মপু শমপ্রু তোমথিললোই। নিংথৌ ফিকুম ময়েক লা। লুপা থাঙকুম মঙাননাই। মালেম লয়রোনতুংকী। থমপৌ কেশায়োনপু মিংচূনানা

---

হংলক্লবদা মনাইশিংনা পাউথুম অমত্তা হঙ্গনব্রিগৈ হাওবম শাগৈলক্তগী অচঙবা কোরৌহনব নুমিংকুম লৌশিং চাউবা মনাইনা ময়াং ময়োল খ লকপদগী মপা মপু হাক্তগী হৌনা নিংথৌ লাইবক য়ুমদিন্নবা অদুগা শেঙ্গাউ ভিন্ননা লৈরক্লবা লাইরিক লাইগু নিঙথিনা খঙবনা শগোলসেন গুরুগুম লৌশিংদা অরাংপা লৈত্রবা অদুগা মীগী মপূক মনুংদা খনবা রা-খলবু হেক্তা খঙবা ঙবা অমসুং রাহৈ রাতা অওক-অথোং তৌবদা খাম্নী মৈরীগুম মতিক চাউবা লৌশিং দা অরাংপা লৈত্তনা ময়েং তাদ্রবা ওইবনা করিগুমদা নিংথৌনা শাউরবদসু হেক্তা নেমথহনবা ঙম্নবা নিংথৌগী ম্নখা মউন্দা পক্লনা লৈরবা শমক্রগুম মনাই ওইবদা তোমথিল ওইনা লৈরবা অমদি নিংথৌ ফিশিংগী মরক্তা ময়েক লানা লৈরবা সনা ফিগেঙম্নবা, লুপাগী থাঙগুম্না মতিক মঙাল লৈরবা অদুগা মালেম লৈব কী লয়রোল মনুংগী

মিংথোংকবা। থমপৌ মিং হাওবমচা। মনুং তরেৎ শেন্লুংহনবনা। শমু মখূৎ লোননা। মুংওন রারীঙ্খিয়ে। লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ। লিকলাই তাইবং সরারেন। নমু পোংহনবা মীনোংথোও। লহানানোং ইমু অহল মতম ওইরবা। হন্নু মালৈ কারবা। মাঙকী রারী কাউদবা। তুংগী রারম থোকলাগদবনু রারম হাননা খঙলবা। তুংলি মাঙলি অনীমাবু। লংমুং চিনতাই শমগুমবা। গুরুজন লাইওইনরবশিংনা তাক্লমবা। মুংওন রারমবু নাতাজরো-বদা। লাইরেল কোলোয় মিংথোংবদি। লাইরেস নোংলেন শেনক্রেং মণিক খোমবাও তৌনা কৌএ। লাইরেল মৈতেংঙু। লম্বরেল নোং-লেন শেনক্রেং মণিক খোম্বনা। শজিক মতুং ইন। থবা মমৈ রায়না। কোরৌ নোংকাখিরবদা। লাইরেল মশানৌ। পোইরের যুবরাজা।

---

লৈখোমদা লৈবা নিঙথিবা থম্বোইগী মমিং অদু লোনা মিংথোনবদা থোইনা হেন্না চ'শীন্নরবা হ'ওবমচা থম্বৌ সিংহ কৌবা নিংথৌগী শেন-থুম প রবা শেন্লুংহনবনা মখূৎ লোন্নহন পৃক্লিংদা থুক ল উনা হেক কাওরগদৌরা রারীহ লীঙখি। হে ইনিংথৌ। ত ইবং ওইবা ঐথোয়গী সর রেন ওইরবা মী পূম্নমক্কী মকোক ওইন নিংথৌ ওইথিরিবা ইবুংঙো। থ ম্নন ইবুংথো ওইবা অহল র.ম্না ওইরবা মাঙগ' রারী কাউগদবা। তুংগী থোল্লগদৌবা র রমম্ন মাঙজোননা খঙলবা হায়বদি মাঙ-তুং অনীমকপু কায়দনবা ত'ইশিনব: ছমবা লাইওম্নবা অহলশিন ত'ক্লম্বা ওন্থে'ক্লা পৃক্লিং অসি নুংঙলবা রা-রমগী র রী লৌবিথিমদা তাজথোবদি ইবুংথো দেবেন্দ্র সিংহ অসি নোংলেন শেক্রেং মণিক খোম্বা হায়না সনা কোলোয় মিংলেম্নে। লাইরেল মৈদিংঙু লম্বরেন নোংলেন শেক্রেং মণিক খোম্বা হায়না কমাল মিংহন্নরবা (নরসিং) নিংথৌনা তাইবং পূনদি পিনম্মক্না কোরো লোন্নাঙ্বা মতমদা

চেংলো শককোয়থোংবু। লোইদাম থানিমকুম। পুংরাথ মকোম চোননা। কজে হায়বগী। দেবচন্দ্র সিংহ কৌএ। লাইরেল মৈ-তেংঙু না। কমমোই মিংপু কমু। কলাং মৈবু ভোংলবদা। কোলোয় মিংথোংবদি। লাইরেল মৈতেংঙু। মণিক মুংনাং খোমপা-ও ভৌনা কৌএ। লাইরেল মৈতেংঙু। দেবচন্দ্র সিংহ। মণিক মুংনাং খোমবনা। শক্তিক লাননোংতম। থবা লাননোং থায়। পোইরৈ চংরা হায়। রাংতম মুরা ভেমববু। লোইভাম। থাবুম ৪ গুরকপদা। লাইরেল মৈতেংঙু। নরসিংহ নিংথৌরেনগী মপারী। লাংলেন কোঙয়াং রাপীহল। রায়রা শাথোঙ অরামবা। ছুয়েল লানথোঙ অচোবদা। খোয়মা মমায় লৈতবা। লাঙ্গোই শাকম চেংপা। ভিমেন ভাস্থন চুমবা। পাঙ্গল লাংচেং মথোকলকপা। ভুবনসিং

---

মনাও ইবুংঙো যুবরাজ ওইনা লৈরিবা পলেম মমাভোম্না পোকপগী চেংলো শকোয়বু য়েংবদা থাজনা মপুংফাবা পূর্ণিমাগী থাজগী মায়থোংতম কজে হায়বগী কোলোয় মিংথোল থোয়বদি দেবচন্দ্র সিংহ হায়না মিংথোয়ে। অসিগুম্বা দেবচন্দ্র সিংহনা পোইরৈ সনা লৈবাকী সনা কম্বালধক্তা কাতুনা লৈবাক রায়েল থৌদাগী মবুঙো। নিংথৌ ওইরবা মতমদদি লাইরেল মৈদিংঙু মণিক মুংনাং খোম্বা হায়না কোলোয় মিংলৈয়ে। লাইরেল মৈদিংঙু দেবচন্দ্র সিংহ মণিক মুংনাং খোম্বনা পোইরৈ সনা লৈবাকী মুপী অঙাং লৈবাক প্রজা পুম্বপী রায়েল থৌদাদা থকসি খাসি নাইনা রায়েনববু লোইদাম থাবুম ৪ হেক গুরকপা মতমদা মৈদিংঙু নরসিংহ নিংথৌরেনগী মচাইবুংঙো অহল শাদা লাম্দা থোপ্রবা কৱিওম্বদা পুক্লিং হজানবা লৈতনা মমায় লৈবা লৈরক্তুবা অমদি টাম্থন খুদিং বুংহল্লিংবা মকমদা বুংহনবা

থোক্ললেন লাকপনা। পোইরৈ যুবরাজা ওই। লাইরেল মশাবৌ। য়ায়রা শাপাম্লক। হুয়েল লানপামলকপা কনম্ভা চুয়োয় য়াই-ওইবনা। শরা তুরৈ য়োইওইসেন। থাঙলেন মশা অথৌবয়। শম্ম য়েৎলম পায়না। কাচেং থাঙহাইরবদি। চেংলৌ শকউদয়বা। কাচে থাঙক্তি শায়াই য়োইহাই কনবা। থাঙলেন লাময়ানলবদা। লানকম ইনিন চাউবা। অঙৌসনা কৌবনা য়াংঙম সেনাপতি ওইহুনা। লাইরেল মৈতেংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নাউচিংলেন নো'ত্রেন খোমবনা। পোইরৈ নিংথৌ ওইহুনা। য়াংঙম পুংখোয় নেৎকে। কমমোইমিং ফলাংমৈবু। মুনগে তৌরবগী। মদাইরেম থয়াঙ কোন্দাই লোনবা। অথৌলিচা হেপপা পুমনামাশিংগা। ভাইরোইনানা পোইরৈ তমদা তায়ক্লবগা। লাইরেল গম্ভিরসিং। তুবি চিংলেন নোংত্রেন খোমবগী কোম্নুংলেন। কানচিপুর লয়মায়োনদা। য়াংঙম তেংগোল লিংলবগী।

---

ওয়য়াপায়েল মতম মনা ইনথংলক্লবা মতমদা যুবরাজ ওইখি। মতম অসিদা মিথকথোগী মনাও ইবুংঙো ওইবা শাক। লানফা য়ায়া পায়কপা ওইরক্লবগা থাঙলেন মশা অরংবা অথৌবয় মথুং য়েত্তা চেংবা পায়রগা হাইরকপা থাঙগী মঙংদি থ ঙনা য়োমখিবনা মশাবু উবা ঙমদবা অচ্চুপা লামচুনা য়ানরা অমদি হাইরকপা থাংহাইমু ওয়োক্লা কনগ্রবনা লানফম য়ায়া মনিন্ চাউবা ওইনা অঙৌ সনা কৌবনা সেনাপতি ওইহুনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নাউচিংলেন নোংত্রেন খোমনা পোইরৈ সনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইহুনা মরায় কোয়রেন তোংগে কথাল থম্ভা কাগে নিংথৌ খুবম মুনগে হায়হুনা মচা মনাই অকল-অথৌ শাদা লান্দা থোবা পুয়মকা লোয়নমা সনা কো-নুংদা লান্দারক্লবদা মৈদিংঙু গম্ভিরসিংহ তুবি চিংলেন নোংত্রেন খোমবগী মনা কোম্নুং ওইরক্লা কাঞ্চিপুর কৌবা মফমদা তেংগোল লিংখি।

লাইরেল মৈতিংগু মণিক নুংনাং খোমবদি। মদাইরেল রাংওম লালন্তোই ফমনাইবা। অশৌলিচা হেগপা। তনবা কংলা কাও-নাদ্রোই পূৰ্ণমাকা। কুচু থৌথাকমদা। তনবা শামায় লয়নাকুমুসে হায়দা। ওাইরোং শিংপাক খূংনা পায়। শিংলৈ য়াদা চীকনা লাইরেল সনা মাওদা। তনবা রাশকুনথিরে তৌয়িগুম তনবা রা-শকমাথবু। রাশক নমদা হুননা। তনবা রাশক কাররগী। নোংরোক লৈথা তাবু শোওক্দানা। নাউচিংলেন নোংদ্রেন খোমবগী। লাই-রেল সনা মখোও খাদতুম চেনশিনবগী লাইরেল মৈদিংগু দেবচন্দ্র সিংহ মণিক নুংনাং খোম্বনা। কোরো খোয়না য়েং। রাংবল পাংনা য়েংনা মিকপথিএ। ইযু তুবি য়োইনোংদা। নোংদা লাইরেল পাখংবগী। তুবি মখূজিল। লাইরেল মথৌরাওনে। খোইরম নোংদমখোল। চীংগু মথৌথাবু হেনফদে। ইয়ু চিরেল লাংয়েনথক।

---

মতোং অসিদা মৈদিংগু মনিক নুংনাং খোম্বা (দেবেন্দ্র) মহারাজনা মচা মনাই অকল-অথো ওইবা কংলৈসিগী কাওরেনগুম মপা তান্নবা পূয়মক্তা লোক্লনা রারেল চৈরাক থোদা শগুদা মায় লয়নগনুসি হায়না শিংপাক মখূং খূংনা পায় শিংলৈবু ময়াদা চীক্লা চীক্লা রাশক্রনখিয়ে। অতুবু রাশক্র-খিবা পূয়মক অতু রাশক কায়বগী নরক তাবা পূম্বা কিবা লৈতনা চন্দ্র-কীর্তিনী মায়কৈরোমদা লোইনা চেনশিন্নখিবদগী মৈদিংগু নিংথোরেল দেবচন্দ্র সিং মণিক নুংনাং খোম্বা কোরো খক্তা মমায় খাজংনা য়েংলগা হে ইযুখো তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাথংবা কৌবও মওকী খুজিল থোরাংলিকো। খোইরম মাগী নোংদম চীংগু মথোম্নগী থোদাদা কনাদা[illegible] [illegible] অতুবা ইযুখো মাগী লনা তাংবনথক্তা

চোয়মৌ সনা কম্বাললাংদা বাকয়েঙম থাচীল্লা। তোংচেঙম থাপাংনহৈদে। হায়না হাওরে লোংচূপলা পাংপালম। খোংনাং মীয়মবাক। ময়াং মীশাইকোমবু ভানগে য়িনভাললকপাতা। লোইবী চীংলেন পলংলা। খোইয়ম লাইমাতোল য়োয়বগা। য়াংঙম সনা লৈবাকলোমদা। লাইরেল থূনিঙ মোইদোন কাঙ্। ভূমি থূবাক লাইথন শানা মিংঙ্কে শানথৈয়বগা। য়াংঙম সনা লৈবাকতা। লাইরেল ইপাবী চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা। কমমোই মিংপু কম্। কলাং-মৈবু তোংনা। পোইরৈ লৈবাক শেম্লসুমো। ইপোইবৈ সনা লৈবাকপু। পনথৌ পামচা। পলেম পিমাচাঙম ল্যাংকোনপে। য়াংঙম লৈশেমগে নিঙববু। মতোল লোনঙমদরে। ভূবি পোকমাবা। লাইরেল শাংমাবা। ইয়ু লোনচা পাখংবগী। খোইয়ম মোংদমখোলবু

---

হি অনী খাত্রাংননা চীলোক্লবঙবদি হোৌমত্রে। অসুম থল্লহ্না লোংচূপ মায়কৈরোমদা ময়াং লৈবাকলোমদা চংশ্রগে হায়হ্না চংথ্রপা মথং মথং চীংশাং কম্না লাল্লক্লপ। লাইমতোল য়োয়ক্লবা মতমদা পোইরৈ সনা লৈবাক-লোমদা মমায় ওল্লপা চীংদোহক্তা লেপ্তুনা মৈদিংঙুনা থূনিং কাঙনা থূবাক লাইথল শারহ্না মৈতৈ লৈবাকপূ চিংনা ম্লেংলপা ফরে ইচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিনা পোইরৈ সনা লৈবাক অসিগী কম্বাল তোংহ্না নিংথৌ ওইরগা লৈবাক অসি শেমহোৌরসনু। ঐমক্তি ইপোইরৈ সনা লৈবাক অসিদা লৈবা পূম্নমকপু মপা অমত্তগী অমদি মমা অমত্তগী হেক পোকচবা মচাদ-মচা-দোঙম লাঙ্গোনগে লৈবাক অসিবু শেম্বা য়াবা শেমগে হায়না নিঙলমবু পূক্লিং মতোল লোম্লমদরে। ইপা ইপু পোকপা লয়নুং লোঙ্খা পাখংবা কোৌবা ইবুধো মাগী লোংখমথোমহ্নম অসুম থোক্লরবনি অসুমনা হায়ল্লগা

নঙাইগুরে হায়রমলরগা। থোংনাং মরয়বাক মীরয়পুংদা য়াং-গোইরিঙৈ থোংনাং চনু কোংমারী কৌবাদা হায়রম্মী। চীংলাই লৈমা লাইরেল কাচেং ডানবা চনু। য়াংকোন লাইনুরা অতোংবী। নয়োল থাকারাণী কৌবীবু শাংলমবনে। হায়ববু নতাজরোএ। হায়না কোলোয় অসুম পাউদমজরবদা লাইরেল মৈতেংঙু না। খোয়মা লিরেন তংখাই য়িথিঙ পোপকুম। লাইরেল পূকনিং সুংনাংচঙ তুবি মিংসনা থমবাল মানবা অনীমাদা। পিরেম লাইজা য়িথক হৌনা য়াহমলকএ।

ইদাইরেম নঙগী কোলোয় নপাউমেন অসিবু নাভাবদদি। থোংনাং তংখেল মরৈবাক্তা। পোনবী কোরৌ নোংম্লিন চেক্লা। কোরৌ নোংমদোল অয়াংবদা। মালং চয়রোয়নানা। থমকোল খুংনেংনানা পাইবগুম। হৌচিকমা ইনতাননিঙলে। ইয়ু লাইরেল

---

মরাং লমদমদা লৈবা থ'কা কোবা লৈবাক্তা লৈথি। অসুম্না থাকাদা লৈরিঙৈদা মরাং চনু কোংখারী কৌবী অমবু লোতুনা লৈরবদা সনা ঈ ওইবা য়াংওমলোন লাইনুরাওম নিঙথিবী নবেঙ্কো থাকারাণী কৌবীসিবু পোকপিরবনি হায়বত্ নবাইনা তাজহোবনি হায়না য়ারম অসিবু হজচ্চরবদা মৈদিংঙুগী সনা পূক্লিংদি ম্লকংবা লী, ঈশিংদা তীংবদা থঙপোপ পোপখোরকপা অহওম্না সনা পূক্লিংদা মুংনাংবগী ঈথিল ফাওরকপগা লোয়িননা থবাল মানবা মিংলু ২ মা পিরাং হৌরতুনা হায়রকথি।

...হে অচাম্বা নঙগী পাউদমখোল অসি তাবদি থোংনাং তখেল মরয়বাক্তা কোরৌ নোংমদোল অয়াংবদা পাইবা নোংম্লিন কৌবা চেক্লানা নুংশিংকী ঈপোয়ক্তা শাফু পোরগা পাইবগুম থুনা য়াওনা হৌজিকমকঙু

মৈত্রেংগু । দেবচন্দ্র সিংহ নিংথৌরেননা। থোংনাং থাকা মরম্মপুংদা। লীক্লাই মরূ থাবুম্ববু। হয়রাঙ মশীং ফা। তাউচিং মরোং চুমনা পানবরু। থোংনাং তখেল মীরৈবাকতা। অংকো মীতম য়ান। তাউচিং মপুংকা। হয়রাঙ চুমনা য়াললি হায়ববু। হয়রাঙ মতৌ য়েং। তাউচিং হয়শক খণ্ডনিঙংলে। ইদাইরেমশিং কমথৌ ইঙাইরোই। লাইরেল য়িহিশাং। থাইচেং লেংনা তিল্। লৈমচেং লেংনা কাংবা পুমনামাশিংও। থৌথল মীকোক চেং। পোংলোয় মশিঙ শুনা থৌয়াংলবগা। থোংনাং তখেল মরয়বাকভাভুম। ইনতালললুসে হায়না। তুবি কুকিল থোনতানানা। য়াথং ক্রিথোই হায়রকলবগী। মদাইরেম পায়মা লৌশিংবা। মনুং তরেং শেলুংবনা। শমু মখুৎ লোননা। অমরক রাকুৎচখিএ।

---

হেক চংশিংমক্লে। ইবুথৌ মৈদিংগু দেবচন্দ্র সিংহ নিংথৌরেলনা থাকা লৈবাক্তা লিক্লাই মরূ থারম্ববু হয়রাং মপুংফা তাউজিং মরোং চুমা পানবগুম তাইবুং শ্বারেপ কাররুহুনা তখেল মথোয়পী মরমদমদা কিক্লাই মরূ হুরবগা তাইবং কাওররুহুনা মৈদিংগু চাদা নাউদাবকপনা মপুং মরৈ কাররুখিবনি হায়বসিবু করি করম তৌবনো হায়বহু শেংনা উনিং খণ্ডনিংংলে। অহুনা ঐগী ইমা ইচা ওইবা ইশাগৈ ওইনরিবা অভবা, অকল-অথোবা পুয়মক। ঐগা লোয়নবা রাবা মীশিং অমত্তা চিথদনা ঐগী ফিরোম ফিডাম পুগদবা পুয়মক থৌরাং তৌরগা থোংনাং তখেল কৌবা মথোয়গী মরৈবাক্তুম চংজুসি হায়হুনা অমেঙবা অতপ্পা নুংশিবা য়ারা থোহাংনা সনা য়াথং ওইনা হায়রকুবদা মনাই অচানবা লৌশিংদা হায়নিংঙাই মপা মৈরবা খেলুংহনরনা মখুৎ লোয়রহুনা অমুকা হমা হরুচ্চারকখি।

লাইরেল কোরৌ ইনোংথোও। থোংনাং ইঙাইরেল। তথেল ঙাইহুংশাংবু ওইয়িনিঙমমুং। মনুং খোয়বা লীরৌবা। শরী মীনুম লাংথাকরাবু ওইরিগবরা। তথেল মীপুক থঙঙমদে। লৈবাক নিংথৌ পানবা। নিংথৌ সনা চোঙলেন থানবনা। মীরয়বাক নিংথৌ পানবদা। নিংথৌ সনা থোঙলেঙবদি। য়েক ভিংথং-চঙ। ভিংথং মচীল থেকঙমদনা। থোয়মা তুমবৌ চঙলঙেনে। অসিমুং মদোমদু।

লাইরেল নশানৌ। শঙকাই কোনলোয় ঙমচিংবী। চেংঙৌ শকনা হেন। পুহুং সনা লিননা ঙানবী। নোংম্বিন লৈরিক চুমগুম্বীবু। হয়রাং মচা য়ান। ভাউজিং মরু পনববু। লোইদাম থারুম য়াম্র-শিললকলে। তাইবং মালং পানবু শানফাওখিমুনো। হৌচিক

---

হে লাইরেল কোরৌ নিংথৌ। থোংনাং ইঙাই ওইবা তথেল অসিমু অশেংবা ঙাই-শেলমক মতম কুইনদগী ওইরক্লবমু মথোয়গী মপুক মনুংদা করিগুম্বা মরৌ ভৌবা মীনম শোরি ভৌহনা লাং থাকশহম ওইরিগদরা। থোংনাং মথোয়গী মপুক অশেংবদি থঙদেদো। লৈবাকী মপু ওইহনা নিংথৌ ওইনা সিংহাসনদা ফম্লিবা নিংথৌনা অভোম্বা মীরৈবাক্কী নিংথৌ পানবা লমদা সনা থোংঙলেঙবদি য়েক ভিংথং লৈরমহনা খুদোং থীবা থোক্লক্লবদা য়েক্লবশিংবু লাকশিনবসু ঙমহৌদহনা খুদোং থীবা থোক্লগদরা অসিদমু নত্রি।

মৈদিংঙুগী মভাগোয় সনা শঙ্গায়নুংদা লুচিংবী ওইরিবী চেংঙৌ শক্লা নিঙথিবদা হায়নিংঙাই লৈত্রবী পুকনিং থোয়জেলমু মতিক মঙাল লৈরবী নোংম্বিন লৈরাংগী লৈরিক্লা। চুম্বা পানবঙম পাম্বিবীদা লিক্লাই মরু হুমখিবনা লোইদাম থাশিংমু য়ামশিল্লক্লে। অহুনা তাইবং কাওরকখিসনু।

মতম পেহিন্নু পোৎলেন থাসিদি। নিংথম ইচীক হুমত্রিত্র। তলা শিশিনবৈএ। পামেন শিশিনমাম্বিঙেনে। লাইরেল মৈতেংঙু না। চাত্রা খেঙিশামবগী। চাত্রা ফাইকাথোম্নু লৈতে হায়এ। হয়েং লোইদাম ফাষ্টরেল কুমহৌথাবু মোরবদি। নিংথম ইচীকম্নং মনেমলে। তলা য়েননিং হুন। পামেন নাপু চোংলাঙেনে। বসন্ত ঋতু ওইবগী। শিঙলেন অনৌবা মায়য়োকনা। লোইতাম অনৌ থাকংনানা। থোংনাং তখেল ময়য়বাকতুম ইনতানসে। হায়না থৌথাম্মজববু। লাইরেল মৈতেংঙু না। ইদাইয়েমও থোংনাং তখেল মনিংথৌনা। মম্নং থোয়বা লীরোম্না। মীনম শোরী লাংথাকম্নাদি নরিগোইএ। লাইরেন ত্রৈমু শকউমিঙবা পুম্নং লেপথঙনিঙবা। মুথশি চাম্না

---

হৌজিক ওইরিবা পোইনু হায়বা থা অসিদি য়াম্নসু নিংথয়রি। উ ব্রা পূম্বা মরু কোক্কা উন্না-রান্না কেন্দুনা শিজিন্নবা মতম ওইরি। অতুনা মতম অসিদা মৈরিংঙু না মীরৈবাক লমদা খোঙশানরগী থৌরম অসিদি ইবেম্ম-শিংম্না মীরোম্নিবৈদদি অকবা থৌরমসু লৈতে হায়। হয়েং কাইরেল হায়বা থা অতুর য়োয়ক্রবদি নিংথম্বগী অরাবসু থয়া মকোক্কে। মতম অতুদদি উ-রা পূম্নমক অনৌবা য়েন্নিং চোংহনা উপাল রাপাল থুদিংগী মনাসু নাপুং ফ:নবা চোংলক্লগদবনি। বসন্ত ক্কোবা ঋতু হায়বদু ওইবগী হৌনব। অনৌবা হৈরাং লৈরাং মপুং ফাবুরু উরগা অনৌবা কুমজা থাজা ওইবনা মপুং হৌরকপদা থোংনাং তখেল (ত্রিপুরা) হায়বা লমদমতুদা লেঙঙসি হায়না থামজবদা মৈরিংঙু না হে অচানবগা। থোংনাং তখেল নিংথৌনা মপুক্তা মরৌ তৌতুনা মীনম শোরিবগী লাং থাকপমক্তি ওইরম্নোইদা অতুগা নিংথৌ ঐগী ইশক উনিংবা অমদি পূকচেল থোয়জেল খঙনা মুংশিননা

পূকমায়নিঙনা কৌবনরিঙৈনে। লোইতাম ফাইরেল থাবু য়োরক্লবদি। নিংথম ইচীকনেম। মাল্লং য়িশা হুমঙৈনে। ময়িম থোংনাং মরয়বাকত্তি। য়িশা থোইনা হুমঙৈনে। ইদাইরেম পূমনামাবু। কোকপান থোঙবু চীকঙৈনে। লুপান থোঙবু নারঙৈনে। হৌচিক লোইতাম পোইনু থাসিগী। থাজা অনৌববু মায়য়োক্লনা মাল্লং ইচিক নেমলিঙৈহুম। থোংনাং তখেল মরয়বাকতুম ইন্দালললুসে হায়রকলবদা। লাইরেল পূকনিং অয়িনববু উরবদা। মদাইরেম পোইরৈ লৈবাক কোইবা। রাংঙম থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পূমনামা। ব্রামহোন বৈষ্ণব লোক য়াওনা তিন। লাইরেল সনা মাঙদা। শমু মথূৎ লোননা হঙ্গৎচখিএ। লাইরেল কোয়ৌ ইনোংথৌ। শেনলৈ মীরুতোং। পাইরৈ মীরাই ঙাকনা পানফবা।

---

চায়-চিয়নিঙবদগী কোয়কপহুম ওইরিগনি। অহুনা ফাইরেল হায়বা থা অহু য়োয়বদি নিংথম্বদি ফরগা নূংশিৎ কনবা মতম ওইরগনি। ময়াং থোংনাং লৈবাক্তদি থোইনা হেমহুম নূংশিৎ নুংশা কল্লগনি। অহুনা ঐগী অচানবা অঙম অথৌ পূমমকসু মাহুদা চৎলূরগা অনা অয়েক্তুম চেমরগনি। অহুনা হৌজিক পোইনু হায়বা থাসিগা পানথংলকপা নূংশিৎ নুংশা কল্লি-ঙৈসিদহুম থোংনাং ত্রিপূরা মরৈবাক্তহুম চৎলূরসি হায়না সনা য়াথং হায়-রক্লবদা মৈদিংঙুনা নিঙলিবা সনা পূক্লিং অহু উরহুনা লৈবাকী থোংদা পূরিবা অঙবা অকল-অথৌ মচা-মনাইগী রাথলদা থরায় লূপ্লবা মপা মপূগী মঙণ ঙাক্লবশিং পূময়ক য়াওনা নিংথৌ সনা মথোঙ থাদা মথূৎ লোয়-লোয়হুনা হঙ্গচখি। হে ইনিংথৌ নূপী-অঙাং অহল-লাহা থায়না চাইশেল ওইবগুম লূনা চায়া লৈবাক মপূ ওইহুনা লৈঙাকপিয়বা চীংনুংগী অশং-অমানলক্তা

চীংন্নুং থরাক লৈগুম্বও। মীরয়বাক নিংথৌ পানবদা। নিংথৌ সনা নখোঙ লেঙবিগুনো। তখেল ভাইনুংশাং। থো নাং ইঙাইয়েন ওইয়িনিকুম। লাইরেল সনা খোঙলেঙতানা। লাইরিক থুংথোল ই। খোঙলোয় পাউকা চংনা। পুচা রাহোমনাসে। লাইরেল নশাবী। কোনথাঙ নমবু মরোল য়াম্ববু লৈরিএ। লাইরেল তোননা য়েনবা। পলেম তোননা পোকপা। পোইরৈ লৈবাক কোইবা। পাত্র মন্ত্রি পূমনামাবু তিননা। দোরবার রাভানাখিসে। লাইরেল পূকনিং য়াংবিখিগুনো। হায়না থৌখাম্ববু। লাইরেল মৈতিংঙ দি। সমক্র লাইঙ্গা ঈরেনপুংনা। ঈরীক কোংকোল শৌবীদা। য়িশিং লুমবু শাবিদবত্নগুমববু। লাইরেল মৈতিংঙ না রাহমখিএ।

ইদাইরেম রাংঙম লৈবাক কোইবশিং। থাকুর ব্রামহোন রতন

---

শাংপা থরাকলৈগুম নিঙথিরবা ইনিংথৌ! মরৈবাক নিংথৌ পানবা লম অতোপ্পা অমদা সনা খোঙলেঙবিগন্দা। তখেল লৈবাকমিনা ভাই-থেন্নক ওইরবদি সনা খোঙলেঙবিদনা চিঠি লাইরিক ওইনা ইরপা খোঙলোয় পাউ চংপা মী থাহ্নুনা পুহনসি। ইনিংথৌ মহাক্তী নয়াম্বং ওইবা ময়াম অমসু লৈরি। নিংথোগী ইপাতোননা পোকপা ইমাতোন্না পোকপা লৈবাক থোদা ভোরিবা পাত্র মন্ত্রি পূম্নমক ভিম্নরগা রারম অসি অমুক্তং থরখিসি। সনা পূকনিং ভয়াং ভয়াংবিখিগনু অসুম হায়না থামজরকাওবদা মৈদিংঙগী সনা পূক্লিংদি সমক্রগী পাক্লবা ঈশিং ঈপাক্তা ঈয়ীক কোঙ্গোল অমফাওবা শৌবিদবা অহ্নগুম্বদা অশাবা ঈশিং হৈজিন্নবসু থজিক্কফাওবা লূম্নু জুম্নু শা-দবগুম্বা পূকচেল ওইথিবনা মৈদিংঙনা অমুক হন্না হায়রকখি।

হে লৈবাক্তী অওম্বা অকল-অথো পূম্নমক। ব্রাহ্মণ ঠাকুর রতন পূম্নমক

পূমনামাম্নুং নাতাবিয়ো। লাইরেল ঐনা থোংনাং তখেল ময়য়বাক। আকোরতোলা কোম্নুংলেনবু। মিৎয়েং শানথৈনিঙবগা। ইয়ু তখেল লৈমগী। চেংলৌ শকখঙনিংবা। ইয়ু তখেল নিংথৌগী। লাইরিক খুৎথোল পীরকপগা মাননারে। কোরৌ মশীংকক্। লোইদাম থাবুম ফাতনা। যিরান ওনতেরকঙৈনে। ইদাইয়েম তাম্র মাইবমচা। মেমভোরা হাওসিঙম্বা নঙনা। লাইরেল ইশাবী। কোঙয়াং রাণীহল। রাংঙম সেনাপতিগী সমু মখোঙথাদা। কোলোয় পাউতমলুরো। ইদাইয়েম মনুং তরেৎ শেলুংবা নঙনা। পলেম ইমাপোক। ইরাং-লোন মৈতৈ লৈমগী। খুয়া লৈখোঙ থাদা। থোংনাং তখেল মপাউমেন পূমনামাবু। কোলোয় পাউতমলুও হায়না থৌসীসিন্নখিরে হায়দবরা। তৌয়িকুম লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌকী। পায়মা সম্না পিপুকম্নুং। থোংনাং তখেল ময়য়পাকপু য়িনজানিং। রায়ম মতৌ

---

তাবিয়ু। হন্দক ঐনা থোংনাং তখেল মখোয়গী মরৈবাক্কী আগরতোলা কোবা কোনুংবু য়েংনিঙবগা ইবেম্মৌ তখেল রাণীগী মশক উনিংবগা অমদি তখেল নিংথৌগী চিঠি লাইরিক পীরকপগা খোঙফম অসি ইভিন ভিন্নরে। নুমিৎ মশীং ককনা থা ফাদনা ইমুম শন্নায়সিদা হন্নকদবনি। অতুনা হে অচানবা মাইবমচা তাম্রসিং মেম্বর নহাক্না নিংথৌ ঐগী ইয়াম্নুং অহল ওইবা সেনাপতি (ময়াম্বা অহল) গী সনা খুয়া থাদা রাক্নম অসিগী ময়মদা পাউদমলুরো অতুগা তরেৎ শেলুংবা ওইরিবা অচানবা (হাওবম থম্বৌ) নহাক্না পলেম ইমা অপোকপী মোইরাং চনু ওইবীগী সনা খুয়া থাদসু তখেল লৈবাক্কী ঈ-পাউ পুয়মক অসি পাউদমলুরো হায়না পাউখোল থাখরে। অতিম্না মৈদিংঙু ইনিংথৌগী সনা পুক্লিংদা তখেল লৈবাক্তা লেঙশিননিংবগী রারম মওং ওম্মোকপা অসিগা মবুথৌ

ওমথোকপবু। অমহিকতি ময়ু মৈতিংঙু শমু পাংকল মপা তামবা। নরসিংহ পাংকনবনা। তিনকি তিলাইন চৌংতোনলেনতা খৌসাল্লা। ময়োল তখেল লয়মাবী থাকারাণীকী। মপল পনথৌ পাওইপানা। লমলেন থাকা মপুংয়ায়তা ইনতানল্লাকী। মমোম থাকারাণী কৌবী পায়মা মুংচঙবীকী। ব্রারম মরেং নিঙথিপাপু। নাব্রা সৈতমপাল। ব্রাঙম মৈনো সিং নিংথৌচমচানা। ব্রাংঙম অসৈ তেংথাসঙতা। লাই কুরুজন ম্লাইওই নাববু। তাঙজা কোকতা থোংনা। পুরুম-জরগা লিকলাই তমপা য়াইরংচান শ্রীচুকতো মৈতিংঙু তাইবং সন্নারেন। য়াইফবগী য়াইফা মথোয় তোংপা ব্রাপু। কোলোম পায়না। অনচি লাইয়িম থা। পথাপ লয়মি-ম্রাৎ। মুকমু নারিন সোননা। হয়া লাউনা ইজবনে। ময়েক তাবা হেনবা পূমনামাবু।

---

পাঙ্গল মপা তাম্নবা নরসিং নিংথৌনা তিলাইন চৌংদোম্বা মতিক মথৌনা উংথিবগী ম্রাফমগা অমদি মবেঙ্কো থাকারাণীগী মপাবুংনা ঢাকা লৈবাক্তা চংথিবদগী মমোম ওইনা পোক্লবী থাকারাণী কৌবী থোইনা হেন্না নিঙ-থিরবীগী ব্রারী পল্লেং মথং ওইববু অঙাং নারাওম ইহৈ-ইশিংদা হৈজিব্রবা নিংথৌজমচা মৈনো সিংহ কৌবা নমাইনা সনা কোন্নুংগী অসৈ তেংথাশঙদা অহল লমন লাইওরু লাইমক ওইব্রবশিংবু ইকোকথক্তা থাঙ্গৎচরগা খুরুম-জহ্না ইনিংথৌ ইবুংঙো লিক্লাইওম লংবলক্তা তমকা থিনওম্বা শ্রীযুক্ত মৈদিংঙু তাইবং সন্নারেন ম্নাইফবগী মুংঙাই ম্নাইফম্না পানবিরকপা ব্রায়ঙু মনাইনা কোলোম খুত্তা পায়রগা চেবাংথক্তা পথাপ থাহ্না লৈম্নি চিংলগা পল্লেং চানবা হোৎনহ্না ইমাবু খুন্নমজরগা ইজবসিবু করিওম্বা ময়েক চিথঃ নাম্নুবা হেনজিনথিবা পূন্নমকপু লাইগী মশক ওইয়বা গুরুজন পূন্নমক্না

গুরুজন লাইওইনবা। চীংঙু মতিক লৈগুদ্বা নখোয়না। তন্না চকেমতোনগুমবনে। য়াইফা থৌচান পীনৌও। হে লিক্লাইও। হয়ি হায়না লৈপায়না হয়া হায়না নোনচানা পুরুমজবনে। ব্রাংঙম অসৈ তেংথা সঙতা। শোক কুমশিং ১৮৩০ কী চৈথাবা অন্দ্রো চাউবগী কুম লোইতাম পোইমু থাকী মাকমৈ ৭নি পানবা। কোরৌ নিংথৌকাবা হুমিং। ধনিষ্ঠা থৱানমিচাক্লা পানবা মহেন্দ্র পুংচা অথুম্বদা মৈতিংঙু নাউথমলাং। খমলাং অতোনবগী। সনা য়াথং পণ্ডিত লাইওইনাপা মবুধো রামানন্দগী ব্রাহৈ পাউতাক্লবদা তাউরিয়া পণ্ডিত মাইবমচা তাম্র অনী না শৈরেং শৈশেমলবগা। ব্রাকমা শৈদম্বা তয়ম মৈনোসিং নিংথৌজমচানা ইজবনে। হয়ি হয়ি হয়া হে লিক্লাই ও॥

---

ননাই অসিদি চেঙয়ায়কী চগেমগুৱা লৌশিং ৱাংলিবা অতাংনি থন্না চানবি-তাকশিনু হায়না খুমরুমজে। হে নিংথৌরেল ও। হয়ি হায়না মালেম লয়ব পায়রগা ইমা হায়না য়ায়া মোঙ্গুদ্রনা খুরুমজবনি। সনা কোনুংগী অশৈ শঙদা শোক কুমশিং ১৮৩০ গী চৈথাবা অন্দ্রো চাউবগী কুম পোইমু থাগী ৭নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ ধনিষ্ঠা নক্ষত্রগী মহেন্দ্র পুংফম অকবদা নিংথৌ মচিন মনাওলক্তগী খ্বাইগী অতোনবা নিংথৌগী সনা য়াথং তাকশিবদগী পণ্ডিত লাই ওইরবা মবুধো রামানন্দগী য়াথং মতুংইন্না তাউরিয়া পণ্ডিতকা মাইবমচা তাম্রসিংহগা অনীমক্তা শৈরেং শৈশেমবিরগা ননাই ওইবা মৈনো সিংহ নিংথৌজমচানা ইজবনি। হে হয়ি হয়া হে নিংথৌরেল ও॥

---

# নরসিং মহারাজগী বংশাবলী

গৌরামলাই

১
মোইরাংথেম তুক্কোংঙবী
( কবুই ওবা )
( ঙৈরাদা লৈম্রে )

২
মোইরাংথেম চোংলেনখোম্বী
* ( ভদ্রসিং রাংখৈরাকপা )
* ( রানী ১১ নি,
রানী ১২ দি শোইনাইদে )

সিনাম চনু চন্দ্রাবলী
( রতনসিং শামু হঞ্জবা )

১
খাম্বম
লক্ষ্মীপ্রিয়া
ভুবন সিং

২
থাংজম
হরিপ্রিয়া
মধুসিং

৩
লোক্রোনবম
প্রেমলতা
* নরসিং + ( দেবসিং
শোইনাইদে )
↓
* ( রানী ১০ নি ২ দি শোইনাইদে )

৪
ওইনাম
দেবযানী
গুন
( ইশহনবা )

৫
মাইস্নাম
বৃন্দা
রঘু
( রাংখৈরাকপা )

৬
য়াম্বম
পদ্মাবতী
দেবেন্দ্রসিং
ঢাকাতোবা

মাইস্নাম
ভুবনা
কমলাকান্ত
(রাংখৈরাকপা)

১
হাওবম চনু
শোইনাইদে

২
রাজেংবম রমনী
প্রতাপ + ( ভগীন্দ্র/ভুবন সিং )

৩
হৈক্রুজম মালিকা
কেন্দ্রসিং

৪
অঙোম কেশোরী
( গজেন্দ্র + সেখর + কুলেন্দ্র
+ খগেন্দ্র + সুরেন্দ্র )

লংমাইথেম চন্দ্রাবলী
ধরসিং

৬
মাইবম ধনবতী
পুষ্কর + উপেন্দ্র + ভগ্যসিং

৭
রাজকুমারী নীলেশ্বরী
বৌদ্ধ + ভগবন্ত

৮
লাইশ্রম জিবেশ্বরী
মন্তরসিং

৯
ওইনাম দয়াশ্বরী
( শোইনাইদে )

১০
থোকচোম তুলেশ্বরী
ডিম্বোল + ধনেন্দ্র + নরেন্দ্র

১১
খোইবম কুঞ্জবালা
ত্রোকেন্দ্র + কেন্দ্র

১২
চিংখাখম ললিতাপ্রিয়া
রবেন্দ্র

১৩
লাইশ্রম প্রেমলতা
হেরেন্দ্র

১৪
লংমাইথেম প্রিয়া
বিগীন্দ্র

১৫
হাওবম চনু তেজময়ী
( শোইনাইদে )